# পান্থোইবী খোঙ্কুল



অনৌবা লোম্বা হন্দোকপা
শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ, সাহিত্য ভূষণ,
পণ্ডিত অচোবা, ভুতপূর্ব্ব সভাপতি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,
রিসার্চ স্কোলার মণিপুর ডান্স কলেজ

হেনা নম্বদ।

মমল রুপা ৪·০০

# পান্থোইপী খোঙ্কুল

(*Panthoipi Khongkul, an ancient Manipuri novel*)

অহানবা শাম্নোন
কোপী ১০০০, ডিসেম্বর—১৯৬৩ ইং
অনীশুবা শাম্নোন
কোপী ১০০০, সেপ্টেম্বর—১৯৭২ ইং





অফোঙবা
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল

অমথা
ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস, ইং

# য়াহৈ অমা অনিদং

করিগুম্বা জাতি অমগী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতা কয়া য়াম্না লিরবগে অমসুং চাওখৎপগে খঙ্গে হায়রবদি জাতি অদুগী সাহিত্য কয়া য়াম্না লিরবগে হায়বা অসিসু য়েংবা তাই। মণিপুরী সাহিত্যদি ওহোঙ্গা লিয়ে। লোল অসিগী সাহিত্যগী অরিবা যুগতি ওহোঙ্গা মপুং কাখ্রে। হৌজিক কাওবদা থিজিনবদা অরিবা লাইরিককী মমিং চামরি-চামথাখোম কংই। মসিদগী হেনবা য়ানা সৈগেরি হায়না অখণ্ড অহৈশিংনা হায়মরি। মতাং অসিদা অরাবা অমদি হায়রিবা লাইরিকশিং অসি থাইনগী অরিবা ময়েক্তা ইবা ওইবগা অদুগীসু মথক্তা থুরক-ইরক্তা লৈরিবা পণ্ডিতশিংদা চোইন চোইন লৈখিবনা পানিংবা অমসুং থিনিংবা মীশিংনা কংবদা য়াম্না রাম থোক্লি। হায়রিবা অরিবা লাইরিকশিং অসি থিজিনবদা মণি-পুরদদা নত্তনা কবো কাছাড়নচিংবা মৈতৈ লৈব লৈব মকম কাওবা য়োব তারিবনি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা অরিবা লাইরিকশিং অসি খোমজিনবা অমসুং কোণ্ডদোক্লবগী থবক পায়খৎলি। হৌজিক কাওবদা অরিবা লাইরিক থরদি খোমজিন্নে মণিপুরী লোলগী অরিবা সাহিত্যগী মপুং কারবা পুক্ত অসি উবা কংগ্রিবা মীনা মণিপুরী সাহিত্যবু মথক খঙকম থোক্তে। হায়রিব পগী অসিদ চঙশিন্দুনা নৈনরুবা মী থর নত্তন খণ্ডবসু ওয়ত্রি হৌজিক লৈরিবা মৈতৈগী অরিবা লাইরিকশিং অসি য়াম্না মপুং কায় অমসুং মরাং কায় হায়বদা থোইন হায়মনবা থোকলোই খল্লে মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা অহানবা ওইনা "পান্থোইবী খোঙ্গুল" কৌবা লাইরিক অসি হৌজিক চৎনরিবা ময়েক্তা। অনৌব লোলগা লোইনা কোণ্ডদোক্লুনা পুথোকচরি। লাইরিক অসিনা মরম ওইদুনা সাহিত্য প্রেমী ইচিন ইনাওশিংগী পুক্লিং, অরিব সাহিত্যগী মাইকৈদা চিংশিনবা ওয়বদি পরিষদগী নোমজমন মহৈ য়াম্লে থঙ্গগনি। লাইরিক অসিগী লোল থর দুব ওইবনা নম্বদা করিগুম্বা অপোয় অতাম য়াওথিবা মথংগী শায়োনদা

শেংদোকচগনি। অয়োইবদা লাইরিক অসি অয়াইবা লোন্দা হন্দোকপীছনা বস্ত্র পুন্নমক পরিষদ-তা কংথোকপীরিবা শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ, সাহিত্য ভূষণনা মকখদা তৌবিরল থগবা উচ্চরি।

ইম্ফাল,                                        নীলবীর শর্ম্মা
তাং ১২।১২।৬৩ ইং          জেনেরেল সেক্রেটরী, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ।

## কৎথোকচব

"পান্থোইপী খোক্কুল্" হায়্‌ব লাইরিক্‌ অসি স্বত্ব পুম্নমক্‌ লোয়-ননা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ্‌ত কৎথোক্‌চরে। ইতি

শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ

# বাঙলা-ঙ্গান্ব ৱাহয়্ থর

খৃষ্টাব্দ ১৬৩ দ কগাল্ কাখিব মৈতৈঙগু খোঙ্ তেকচা য়োয়্-য়েনবগি মতম্দ অকোইজম্ তোনবোইন “পানখোইবী খোঙ্গুল্” হায়ব লাইরিক্ অসি ইখি। লাইরিক্ অসি পারকপদ মাসিদ শীজিন্নরিব ৱাহয়্ ৱাঙেংনচিংব অসিদ মপাল খোংদ মতিক্ চাবা সাহিত্য অমা ওইন উবগুম্ মচুংগী ভারত য়েংলগ বিজ্ঞানগী অথুপ্প ৱা কজন কোংদোকই। পণ্ডিত অসিন “পানখোইবী খোঙ্গুল”দ রস য়াওদব, কংলব বিজ্ঞানগি ৱাবু রস্ন থৱায়্ ওইব কজব সাহিত্য অমা ওইন উত্তুন মহাকবি মহেগী মশক্ তাকপগ লোয়নন খৃষ্টগি নিপাল্ শুব শতাব্দীদ মৈতৈ সাহিত্যন কয়মব থাকত লৈবগে হায়্‌ব কজন উৎলি। মরম অসিন ঐখোয়্‌ন পণ্ডিত অসিবু সাহিত্য অমসুঙ্ বিজ্ঞান অনীমক্ত নিঙ্থিন হৈয়ব পণ্ডিত অমনি হায়জব ওম্ই। অদুগ মতম অদুদ মণিপুরী জাতিনা বিজ্ঞানদ অমসুঙ্ সাহিত্যদ মথিক্ চান চাওখৎলে হায়্‌ব অদুসু কজন তাকলি।

পণ্ডিত অসিন “পানখোইবী” খোঙ্গুল্” অসিদ নোংপোক্ পানখোইবীবু মীরা, লাইরা, অদুগ মথোয়্‌গ থবক্ অসি তাইবঙ্পানব অাসদ খোকখিবা থবক্লা নত্রগ পণ্ডিত অসিন শেমজিনখ্রন ৱারি ওইন ইরম্বরা হায়্‌বনচিংব ৱাথল কয়া পোকহললি। থবক্ হায়্‌ব অসি মশক্ মুনুন থঙ দন থবক্ তৌবদ পুক্নিঙ্ চঙ্‌ব ওম্দে, অমসুঙ্ মতিঙ্ থেরু তৌনিঙ্দে। নোংপোক্ পানখোইবীগি মশক্ মুনুন থঙ্দন “পানখোইবী খোঙ্গুল্” পাবগি ভুংতাইব কংগনি হায়্‌ব নিঙ্-জদে। মরম্ অদুন ৱাথল্ চাউব, থিজিননিঙ্‌ব মীগি ৱাথল্দ লংজিল্ ওইব য়ানব চিংনরিব ৱাথল্ অসিগি মরম্দ থরদং ইজরি।

নোংপোক্ পানখোইবী অসি মীরা :— পানখোইবীগি মরম্দ য়েংবদ মপান ‘তাউবোইনাইনি, মমান লাইকামুং লাম্বুংবী কৌই।

মহাকবি মবুং তরেং লৈ। মপা মমান মহাকপু খাব তরম্ খোইমু চাদ লুহোংছন অওঙ অউল্ তম্ছন থাজে। নীপা ময়ুম্দ লৈরিতেদ য়ুম্ পান্‌বগি হৌনব মকু নেম্‌গি বা ইন্‌ন থবক্ চংপনচিংব তৌই। মহাকন থাজব য়াবক্লবদ নিংথৌ শাপাইবগি দমক্ হায়্‌রৈ। মথংদ খাব শোক্‌ত্রোংবন মচা নিপা তরম খোইমুচাগি দমক্ হায়্‌ছন লুহোংই। মীওইবন চংপ লম্চৎ চংলি। মহাকবি মকুবোক্ খাব অসি কংলৈ নিংথৌনি, অহুপ পান্‌থোইবী মৈতৈ নিংথৌগি মচা নুপীনি হায়্‌না ইরি। প ন্‌থোইবীগ নোংপোক্‌ক লও মুন্‌নব মতম্দ মশা মশাগি মশক্ তাকন-বদন পান্‌থোইবীন তাংখুল্ শয়ম নুপীনি হায়্‌. নোংপোকন মহাকৃতি তাংখুল্ হুয়্‌তোক্ পাখংনি হায়্। পান্‌থোইবীন খাব ময়ুম্দ লৈরবদ নোংপোকন হায়্‌খিব—'শানৌ তম্পা তাংতম্ লোন্‌-ও, কাইনও ঐকি পায়্‌মা ফুংচতপী নও্‌পু নপল্ তাংশক্তে, নচু মীখাতে হায়বা নংতা-পায়্রা? খাপা মরাল্‌ য়ায়্‌তা কতৌ নোংকিপু য়াংকোইতাম্পানো?" অহুপ পান্‌থোইবীন খুমব য়ান—"অতৌপা ঈশাপি থরায়্‌ ঈমিরেল্‌ তাখাও তম্পা নশানৌ ঐনা খাপা মরাল্‌-য়ায়তা য়াংকোইপাপু কোয়ও হুমিং মতানি গুতারিয়ে। খাপা মমায়্‌ ওন্‌তারি; য়াংপা মনম্ মুক্তারিয়ে। লীক্লাং পাউহোংফহিয়োইয়ে" অসিনি। অসি-নচিংব ময়ম্ কয়ান লাইগি মহৎত মী ওইন থম্বদব য়াদে।

নোংপোক্ পান্‌থোইবী লাইরা:—লাইয়িক্ অসিদ পান্‌থোইবীগি মমা মপা অসি 'লাইরেল্‌ তাউরোই' অমসুঙ্‌ 'লাইনায়ুং মায়ুংবী' নি হায়্‌রম্লপ 'পক্তেম্ পীনাইতাপী; নৌ পানাইতাপী' হায়্‌দুন মমা মপা লৈতবী নুপী অমা ওইন ইরি। মহাকবি ময়ম্চংকি ময়ম্দ ইথম—'লিয়া তোংকে নপাপু থাঙ্‌শেংনাপী, চক্‌মোম্ খামপী মৈরিথক্ মৈতয়েং মৈ থাঙ্‌থোপু মেতোংপী, 'তম্পা পাম্পা কাপী, য়াংতম্ কৈয়েল্ তোংপী, অতৌপা শগোল্ তোংপী, থেক্লোয়্‌ মান্‌দ্ থক্পু লাংকোই শকোল্ খুরুপ্‌ থওপাপু লাংকোই খোঙ্‌হুল্ তাতাপী' অসুম্‌ব ইরি। মাসিদ মীন ওইব য়াদব য়া শীজিন্নদুন মহাকপু মী

নত্তবগি মতৌ উৎলি। অতুগ মহাকুন পোকপগী রান—'লিক্লা রাইবেল্ নেত্তানা য়াওা খোননাইতারিবৈঙ অঙ্গিংগা পুম্বং পান্থম্ নাট ত্রিবৈঙ' হায়্দুন তাইবঙ্পাল্ লৈ'ত্রবৈ, তাইবঙ্পাল্ লৈহুনা লিক্লা তাব' তৌত্রিবৈ, তাইবঙ্ জীবগি খোল্লেল লৈত্রিবৈ, অমসুঙ্ পৃথিবী লৈতবন অঙ্গিংগাগি মখক্ লৈত্রিবৈদা পোকৃই হায়রি। মচাককি মপোকুন—'য়াংদৌ লেকমায়্ কানা চোনও মিংকুপ মরামপু নাউপুরাপাত্তা তম্পা বাতম্লান্ পান্থাইপী নঙ্পু মুমিং লাপা চাকোকনা লাইবল্ ল পা চাথ'ন'না তম্পা চাকোক্ অথেপী নঙ্পু নাউনোরা পাত' হায়্বা রান চিকুপ্ অমত্তং নাউপুবগ হায়বদি নাউপুদন লাইগি অংখাইব মীপা ওইব মামিংন মচা পোকন্নুন ভম্বোকপ চাপোক ওইন পোকপগী রা ইবি মহ কুন তৌব থবক তাকপা মখকুন 'মৈরা কনীকনা "ঈশিং কানকুন" "মপী হানুত্তো পী" "মৈরেল্ খোংশাংনাপী" চিংব রান মওইনাগি ম্যং নত্তন কনোক্ কুম্ন মৈন ওয়েম্ব, পাঙ্চং নত্রগ থাকুম্ ওইনা ঈশান কোয়্ন লৈব, মৈগি মপী ওইব অশাব পোংতগি খোরকপী অখে ইব ম ওইন মত্তোমত পোকপীনি হায়্মা ইরি। মরম অসিন প ন্ থাইবীবু ল ই নত্তন মী ওইন খন্ব য়াদে।

নোংপোককি মরম্দা লাইরিক্ অসিদা ইরিব অসিম থম্বদব য়াদব ঙা ন। মতুদি:—'<u>নাঙ ছম ওইপা</u>" '<u>থমংগেল্ খোঙ্কাওনাপা</u>" "<u>মালেম চনিঙ্ লৈংরোনকি লৈকু থুংশাপ'তা প কন্পা</u>" অসিনাচংব রান নোংপোকপু মী নত্তব ওইন ইরি। মচাক্ তুংশিংন য়োম্থন মযুম্ ওইন লৈব অদুগ তুংশিং মখোয়্গি (থমংগেল্— atmosphere) মথক মপোম্ম লাংথন লৈব, অমসুঙ্ পৃথিবী পুম্নমক্ শীন্থুংব লৈকু লৈমাই ফাওবদ লৈব হায়ন ইথুন মখক্ তাকৃলি মরম্ অসিন নোংপোকপু লাইগুম্ব মকম্ পুম্নমক্ শিন্থুংন লৈব পোং অমা ওইন লরি।

অতুগ পান্থোইবী অসি মীসু লাইম নত্তন পোং অমা ওইন অমুক্ ইরি। মতুদি—"মালেম্ লৈ লৈতারিবৈত্তা লাইক তমঙ্ ঈপাক্

থকত মীরেণ্ মোইকাপী পান্থমুন্না পরিং মরি তংতানা তান্খোঙ ময়ু·তম্, লেম্খোঙ্ মকৈ ওন্পী, পরিং লাংশঙ্ থাপী, লাংচা ঊবম্ ওইপী. মালেম্ লৈপাক্ পোৎলুম্ থাঙ্পী নোংখো পোৎলেল্ য়াপী চিঙ্লেল্ পোৎলুম্ পুপী, থমুহ্, লাংপাকোক্ চহু' অসিনচিংব য়ান ঈশিং তরঙ্ ওইরিঙৈদ মী মরেক্ তাউবগুম্ শেয়্গ মথং মথং চাউরক্তুব মরাক্ ময়ুং নাইরক্পী, মাগী লৈফমনা ঈশিংদ ওইবী হায়বদি ঈশিংন কোয়ন লৈব অকপ :পাৎ পুবী লৈপাক ওইবী চিঙ্গি অয়ুব থাঙ বী হায়্বদি মথক্ত চিঙ্ লৈবী অমস্তুঙ্ অতিয়াগি মরু ওইব পোৎ হায়বদি গ্রহ নক্ষত্রগি মতৌগুম্ন মখোয়্গি মখোইব থবক্ অহু তৌরিবী পোৎ অমা ওইন ইহুব মী লাই অমত্ত নত্তবগি মওঙ্দ ইরি। লাইরিক অসিদ পান্খোঙবীগি লমৃৎ অনী তাকলি। অমন লুম ঙ্গি শমগুম্ খ্বাইন খঙ্ন চৎপ চগোদ লৈবগুম্ লয়্ব শাজৎ অমা অমন, লুহুং-গুম্ন মীন খঙ্নদব শাজৎন ওয় ওইনন চৎপ শাজৎ অমা অসিনি।' অহুগ মহাক্ অসি নীপা লুপী মশক্ খঙ্দে হায়্ন ইরি। মহুদি :— "শকি লুরম্ তাপী পাকি পারম্ শক্পী লুমাঙ্ শমলাং চকোলয়্, লুহুংশমচি ওয়্রম্ হুল্" অসিনি। লৈপাক্লুম্ পোৎলুম্ পুব শুম্ব মথক্ত চিঙ্যাম্ পুব ঙম্ব অথুব খোঙচং অমস্তুঙ্ অত্তম খোঙচৎ অনী খোক চৎপ পোৎ ওইন ইহুনা মী লাই অনীমক্ ওইদব পোৎশক্ অমা ওইন ইরি। ময়ম্ অসিদগি মখোয়গি মমিং 'নোংপোক্' 'পান্খোইপী' অনী অসি থুগাইহুন য়েংবদ মথাগি অসী ফংই। নোংপোক্ = নোংম + পোক্প (= নোংপোক্ মায়কৈ), মত্রগ নোংব + পোক্প (চুহন্ব) = নোংপোক্ (অতিয়া, নোংথক্) অনী অসি ওইব য়াই। দম্লক্তি য়াহয়্ অনী অসিগি মমুংদ লাইরিক্ অসিগি নোংপোক্ক চানবদ মায়্কৈগি অতিয়াব হেন্ন চানৈ। মাখকৈ খঙ্নব নোংপোক ওইয়বদি মালং হুম্ ওইব থম্গে ল্ খোঙ্গাওনব হায়্ব য়া অমস্তুঙ্ পৃথিবীগি লৈমু লৈরাই য়োন শাম্ব থুংন লৈব হায়্ব য়াহয়্শিং অসি শীজিন্নব য়াদে। অহুন নোংপোক্ অতিয় নি। অহুপ পান্-

খোইবী মাহে, অসি থুগাইদুনা য়েংবদা অমুমন খোক্‌ই — পান্‌ — (পান্‌বদ চঙ্‌শদব ) + খোই — ( খোইদোক্‌পা পোং ) + বী — ( বীবা ) = পান্‌-খোইবী খোক্‌ই। মাইথঙ্‌ পান্‌ব অসিদ মীওইনা পান্‌বদা মতিক্‌ চাবা পোং বীবিরিবদি লৈপাক্‌ লৈম মতম কনাগুম ওইব য়ারোই। মসিদ কনাগুম্বনা 'মৈপী হান্‌ভোংপী, মৈরেল্‌ ভোম শাংনপী' হায়্‌ব য়া অ স পৃথিবীদ পীজিন্নব য়াত্রা হায়্‌ব য়াই। মাহুদ চিংনকম্‌ লৈতে, পৃথিবী অসি মৈ মতুম্‌ ওইনা মুমিত্তগি খোক্‌লকপনি। মসিগি ময়মদ ঐহাক্‌না ইজব "পানখোইবীদ" তগাইনা মৈনজরি।

"পানখোইবী খোঙ্গুল"গ অহোবদ পান্‌খোইবী হায়ব অসি কনানো, কনাম পোক্‌পনো, মহাক্‌না পোক্‌খিব মপোকনা করম্‌ ভোন পোক্‌খিবগে হায়ব অদু তগাইনা তাক্‌লি। মতাং অসিদ পান্‌খোইবীগি মপান কনানো? মহাক্‌কি শাজংনা করিনো? অহুগ মহাক্‌কি মমান কনানো? মতৌ করম্‌না মখোয়্‌না উনহুনা পান্‌খোইবী পোক্‌খিবনচিংব ইরি। পান্‌খোইবীগি মশক্‌ তাক্‌পদ মহাক্‌কি শাজং লম্‌চং, মহাক্‌না পোক্‌প মতমদ মতৌ করম্‌না পোক্‌প, মওঙ্‌ করি মানব, অহুগ মপাগি ক্ষিতম্‌না করম্‌ ভোবনচিংব কজন তাক্‌লি। মতাং অসিদ পান্‌খোইবীগি মশক্‌ তাক্‌পগ ·লোয়নন মমা মপাগি মশক্‌ কাওব িঙ্‌খিন তাক্‌লি।

পান্‌খোইবীন চাউয়ক্রবদ মহাককি মপা চাব মীন হায়্‌জব হৌরে। নিংথৌ শা পাইবগি হায়্‌রবদ য়াথিদে। অহুগ থাব লোক্‌চেংবন মচা নীপা তরম্‌ খোইমুচাগি হায়্‌দুনা অওঙ্‌ অউল্‌ তম্‌হনা লূহোংই। মহাক্‌না নীপা ময়মদ লৈব মতমদ লৈকাই কোয়্‌দুনা, াহদেল্‌ থৃদিঙ্‌ ইরুজবগী য়া ই। মবৈথংদ নোংপোক্‌ক থেংনহুনা মখোয়্‌ অনী উনব য়ানবগিদমক্‌ ইল্‌ চিংব, লোং খোনৃব, পাম্‌ শেংবনচিংব থবক্‌কিদমক্‌ ময়ুমদ লৈরকত্রবদ থাব শোক্‌চেংব শিশিমখি। মাহ্লদ মহাক্‌না শাউহুনা চয়া হেল্‌লগা হাবৈ পীয়ু হায়না মনেমবোক্তা ইত্তত্তনা হায়্‌রবদ মনেম্না শাউহুনা মৈতাল অয়াবনা মখুত্ত হাপ্র্‌বদগি মৈ ওইনা পাইথ্রগ নোংপোক্‌ থেংনদুনা নোংমাইজিং চিঙ্‌দোন্‌ য়োন চংথি।

মকম্ অদুদ লাই ময়ামন নোংপোক্পু লাই ময়ামগি নিংথৌ হাপ্তুনা পানখি।

নোংপোকন লাইগি নিংথৌ ওইনা পাললবদ লৈ লাংতুন করাউবা, অদুগ ঐগীগ্রহ কেলগি রা ইরগ অনোয়রোল্ ই। মতাং অসিদ হৈতে জগোই অসি কনানা হোদোকলগ কনান কনাদগি অমুক্তুন লৈবাক্ অসিদ শনদোক্খিবগে হায়ব অদু ই। অনোয়্রোনদ কংলৈ জগোই অমসুঙ্ চকপ জগোই অনীগি রা ই। মথংদ পানথোইবীন শরম লৈশাবী ওইদুনা পাম যাল্লগনা নোংপোকন তুয়্তোক্ পাথং ওইনা লাকলগ লওকম্ মুননব অমসুঙ্ মথোয়্ অনী থংনরবদ পানথোইবীন শাউদুনা মশক তাক্লবদ মশক খঙ্নরকতুনা থংনব তোকখিবগি রা হায়।

অসোমদ নোংপোক্ পানথোইবীন নোংমাইজিঙ্দ পানখ্রে। খাবগি মমদ থাব শোকচোংবন পানথোইবীবু তামক্লবদগি মক্কম্ খঙ্দনা হল্লক্লবদ মমুতেক্পান, পানথোইবীন মথোইদ লৈরিবদ শীজন্নরম্ব।কন্নল, শমজেং হাংপদ কেলহোব শম, চিল্লম্ব লৈ নাচোম্ অমনব অহুম পুরহুনা নোংমাইজিঙ্দ কাহুনা পানথোইবীবু নিঙ্জক্লে। মহাককি মতো উবদ চানবিদুনা লাই মতৈ মনাউগ অশংব মশক উহল্লবদ থাব মযুমদ চাকলোল্ কংনব মমুতেঙ্গান হায়ক্লে। অদুনা থাবন নোংপোক্ পানথোইবীবু চাক্লোল্ কংলগ খুভম্ য়াদুনা লংচখি অমসুং চহী থুদিঙ্ চাকলোল্ কংলগ লাই হরাউব হৌখিবগি রা ই। মাসিগি মথংদ লাইরেম্ব প্রাউখ ঈশে হৌনা মীওইশিন য়ুম্ পানবদ চংকদবা শাক্তংনা চংব ঐ। অদুগ পানথোইবীন তৌব মীন ঙমদব থবক্ কয়া ইরগ "পানথোইবী খোঙ্গুল"গি রা লোই।

অরোইবদ লাইরিক্ অসি পাবিব ঈবুংঙো ঈবেম্মশিংগি মকমদ বামানগি মরমদ থরদং নিঙ্শিংজরি। লাইরিক্ অসিদ ইরিব বানানশিং

অসি মৈতৈ ময়েক্ত ইরিব বানানগি খুৎতুং ইনুন ইজবনি। অদুগ অয়ানব লোনগি বানানস্ত খোনখোকফি মতুং ইনুন ময়েক অয়াম অয়াং থায়জরবস্ত থায়নগি বানানগি শকতম ইনুন ইজরি। মাসিদ ওপ্পব ময়েক য়াওব আসন খোনখোকত কুঙ্শিনব অমসুঙ্ লম্বগি মতুং ইনুন ইজরি। কনাগুম্বন 'ন' গ 'ব' গ ওপ্পবদ 'ব' গি খোনখোক নৈনোই হায়ব য়াওই। মাহ্নদ হায়জরিবন 'ন' গ ওপ্পব 'ব' গি খোনখোক মাঙ্বগুম ওোবদি অন্তস্থ ব নত্রগ উকারদগি ওষ্ঠ ব নি। মৈতৈগি খোনখোক্ত মাহুক্ব হায়। ব দি ওপ্পব মতম্দ মহাক্কি খোনখোক মাঙ্দে। মরম অদুন 'ব' স্তু 'ন' গ শিঙ্জিনকম চাবদ ওপ্নহয়ে অদুগ অচম্ব মকম্দ হসন্ত ( ্ ) শীজিন্নজরি। মসিগি মরম্ন বাঙ্গালা লোল নত্তব সংস্কৃত, হিন্দী, মৈতৈনচিংবদ চৎনব মতুং ইনুন হসন্ত ( ্ ) হাপ্নি। অদুগি মথক্ত মৈতৈলোন্দ হসন্ত ( ্ ) য়াওত্রবদ অকায়্ব কয়া লাকই: মদুদি :—'তানব', 'পানব' 'লোইন' অসিনচিংব মফমদা লানুন প রগ অতোপ্প অর্থ অমদ চৎখিদুন ভাবত য়ামন কায়্রে। মরম্দি 'তানব' অসি তানব হায়্গদবদ তানব (খম্নব) ওইন লওরবদি কয়াদ কায়গ্রবা। অদুগুম্ন 'পানব' অসিস্ত পানব (লৈব, য়ুম পান্ব) অমসুঙ্ পানব (লাইরিক য়েংনব) অদুগ 'লোইন' অসিন মতুং ইন্ব মনাই নত্রগ রাৎতন, খাক্তন অস্রম্ন রাখল, মচৎ মাম্নদবা অর্থ থোকই। মাসি-গুম্ব অসি থোক্তনব মৈতৈলোনগি চৎনবা মতুং ইনুন হসন্ত ( ্ ) হাপ্চবনি।

অদুগ মৈতৈ ময়েক্ত য়াওদব ময়েক অমগ লাইরিক অসিদ ঐখোয়্ন শীজিন্নরি। অরিব লোন্দ শেন 'তরেৎ', চেঙ্গ চাকবু 'তরা' হায়্। হায়রিব মফম অসিগুম্ব মশিঙ্গ পোৎকদ শীজিন্নরিব 'র' অসিগি মহুত্ত 'ড়' ইরি। মরম্দি মশিঙ্দস্ত শেলদস্তু 'তরেৎ', মশিঙ্দস্তু চাক্-চেঙ্দস্তু 'তরা' শীজিন্নবদ রাখনুদ হুংঙাইতব মতম লাকই। মদুগি দমক শেন অমসুঙ্ চেং-চাক খঙনব মকম্দ

'ড়' ইরবনি। মাসিগী ঐখোয়্গি লম্নাই য়াথনুম হেক্তা হাপ্চব নত্তে। রাজর্ষি শ্রীযুক্ত জয়সিংহ মহারাজনা শ্রীশ্রীগোবিন্দজিউদা কৎনমব রাসগি পুস্তক্লোন অমসুং ঈশৈ ইরকপদ মৈতৈ ময়েকুম সংস্কৃতকি যুক্তাক্ষর য়াওব য়াহয়্শিং অমসুং মৈতৈ ময়েকতা য়াওদব ময়েক্ কয়ামুক শীজিন্নখি। মাত্তুদ মৈতৈ ময়েক্কি যুক্তাক্ষর পুথোকলমই। অত্তুগ ময়েক হাপ্খৎলমই। মাত্তুগি মতুং ইন্না 'ড়' অসি শীজিন্নবনি। মসিগি দমক্তি পাবিরিব ঈবুংঙো ঈবেম্মশিংনা তাকপিগনি। অরিব মৈতৈলোল্ আসগী মরমদ ঐহাক্না ইজরিব অর্থ অসিদ চানদব য়াওরমদুনা শেমদোরিব তাকপিবদ হরাওনা শেমদোক্চগনি। লাইরিক অসিগি অরাইব লোল্ অসিনা লোল্লি পাবগি মরমদ থরদং কারব উরবদি অরামল্ কংজরে হায়্না নিংজদুনা লাইরিক অসি কৎচরি। ইতি—

তাং ১১ ১২। ৬৩ ইং

শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ

# পান থোইপী খোংকুল

হৈয়া হে ভমপা কোরও অরাংপী, রাংভম্ কোনথৈ অতাম্পী, শোংকেল্ অথাম্পী, খোইমোম লাই ময়েঙ্ রেঙহও খোইরা মরুকি কোরও মীনোংশী, রাংপল্ মী কাপ্পা ভাও ভু, নোংথী কোঙ রাঙ্ মীচয় ভু, লোকলৌ পল্লাং ঈনমথাঙ অরুপী খোংলেল্ ভায়-মিপাই পায়, মীলুক ঈরুথেং অচেংপী, লাংচেং চায়া মীরু থেং, খোইনৌ মিরাংমৈ ভাও-ও ভাক্তপঙ লীকলেং লংজুং য়াই, লৈ ভরেঙ্ নোংভ-লেংপী, য়ুংইথোঙ মীথেম্পী, থবাক মীপোক্পী, য়োয়পু লোইশু থুমলৈম, ভাইপঙ থবায় অপকপ্লাকি ফূরেল্ চাংজৌ ওইয়িপী,

---

গুরুগি গর্ভদাগি হোইদোকলকপ জীব পুম্নমকপু চংরিবী হায়বদি থৌইগী তুঙলকম্ ওইবী হে ভমপ, নোংদোম পরু বাংবী, বাংবগি ভম্থে নাহুবী, অথোইব নখোংগি মশক্ ওইব নঙামন থাম্ন লৈবী, লাই পুম্নমকন খোইরা ( সলাই থাম্বগি মথ ) ওইহুন শন্দোকালব জীবগী মরু ( লেনফু ) ওইবী লাই ওইনা মীগী নিংথৌ ওইবী, লাংগী মরুপী মীওইবগি অথোইব লাই ওইবী তাঙ। থুদোং থীব মতমগি পাঙল চয়খৌ ওইবী লোকচঙ উব নওপী ঈথাঙ পন্থুওমবী, অচৌব খোংলাপ্ লানবদ মিপাইয়ব তাংদোয়ব মীগী পাম্বৈ ওইরিবী, মী শেমদু য় ওদব য়াদবী (শোংচঙ ওইবী), মখোক্ কায়কপ জীবগী মকোক্ ওইরিবী, মখানুবাগি মশক ওইহুন থবায় কানব পাঙ খেমবী ভাঙ-ও। ভাইবঙ জীব অপুম্বু লংতংন লৌহ্ মরু কাবঙ্ লেঙদন কাহন

ময়োয়্পু লোইনু থুমথৈনম, তমপা নোংতম হান্লকপী, তাইপঙ্ থবায় লৈকলেং ওইহৌরিপী, সনা নখোঙ্ খাতা মানপী খুতপনন খচিক্ক প্রুম্চরক্কে। তমপ চাওওঙ্‌ খোই-গুমপী হাওওঙ কোম খোই, লৈতাঙ চাউখোং নায়েংখোই, লওরায় লওশিং খোই, শংলও নোংকারী, অবাং কোরও নোংন থাকপা লৌকুম্পী ও, তমপা নপান্ উনাইত্তা, নরা লৌচংজপী তাইপঙ্ লৈহৌপকি লৈচঙ লেনক ওইরিপী শিতপা মপাল থাপী, নাতপা মউ লিংপী তমপা নঙ্কি য়াইখঙ্ নশানম্ তমপা সনা নখে তেংথেন্ সেওনপা পাতাঙ্ তোরাইনেন্ সৈওনপপু তেংথ চংকক্কে। তমপা নঙল্ থাপ থংকা, নমু নচু তোংজেং খমনও ল-য়াংপা, কনপোং নাত্তা য়াম্পা রাকয়ে নহিরমপু হোললকক্কে। তোংজেং খমনগ নচয়-খুনপু হনঙম তা রাংঙমলোল্ সনা নতেংথ, য়াম্পু সনা নখোঙ্ খুল্, খোঙখুল লানপ্

খম্লিবা লৈবাক নোংথো অনী তুন গুহুঙুম লেংঙন কারিবী. তাইবঙ পান্থাপ জীবু পোকপ শিব অনীমক্ পীবা, ঘুম-লৈনগু ওইবা. তাইবঙ্ পানবদ লৈরিব থবাম্ পান্ব পুম্নমক তুঙ্নকম ওইরিবা, থুমথৈলম থইহুন নোংদম নোংথাই হান্ন তুমবা তমপা লাইরেম, তাইবঙ্ পানবগী থবাম পুম্নমকপু লাক্ লেংবগুম মথং মনাও নাইন থাইনী হে টৈথেম্ তাগ নখোঙ খাদ থুং লোন্নন নোললুক্ক খুকমজরককে। হাওরোংগুম মথাং চেংন চাউন কোম্ব, লৈতাং চাউখোং মরক য়েংনহুনা লৈবা খোইগুম তাইবঙ পান্বগ য়েংনন লৈরিবা, অমদি লওশিদ থাব খোইন অপম্ব লৈস্তর্ন মনিঙ তোবগুম্ নঙ্ন চৎপ লখীদ অপম্ব লৈতবা নোংদোন তব নাপাগুম নগাই লোন্ন পাসলিবী অবাংবা নোংমদোন খর্ক্কগ খাদরকপ মরাগুম নিঙথিবা, তমপা মঙ্গি নপা নমানি হায়্ব মথক লৈতবী নহাক্কি খাইগ-তাই মরী মত্তা লৈতবা. তাইবঙ-পান্ম অসি শেম্বগী মরু ওহবা আশ অনান চঙ্দবা নগুর্ন্ন নশক খঙ নবী তম্পা নঙগী নগুণগ ভংথে নান্দবী নহাক্কি নগুণরু ঈপা ঈপুন খক্কম ঈশে মতুং ইন্ন শকচরককে। তমপা নঙগি নডীক অচৌব, নহাকন তোব থবক কম্বোং নান পম্ব হিরমগুম য়েখাম থিনগাইব, অয়েংপা য়াম্ব নরমচৎপু হায়জরকে। ঈশিং মনুংদ চৎথিব চংডাক্ মথল কায়দন মতুংইন্ব ভখব হিরম

খোনজা, য়েন্নাউ নাহে খোনজগী পুনশি চংবী কুংগী, পুনশি উরাল লৈ অয়াং শয়া লুতোংলৈপু মুকয়ৈ নাম্বিল খোংগী কোয়ও নোংমাই হনগী, ভেংবৌ খোঙজৈ শংতা, শয় চুমথোক হাংত লাংচপ পুরী খোকতবা চয়ৈ ফিশক খঙগী, মুকমু হিথাং য়াম্পী ও, তাঙচা ঈরৈ-তোনতা লাংপল চিঙথাং খোইরেল্ কীক্ষম্পাপু ফিংথাংপিক ও। তড়েং মনিম নাইপা য়াংলেল্ ময়াঙ্ হওপা, থুমং হাওরোল শংশঙ খোকপা শেনফুমপাপু লনকুপিয়ম্‌ল-ও। তমপা থাপা নথি নাই, অমাই ময়াঙ হওপিফুমো। তমপা সন' নখোঙ থাঙা ঈরাকয় পানলোয়নবা পারী পুরী খোম, মেনত্তে মেমনাং খোমকুম্পপু মেনফুম মেন তাইফুম তাই-য়ম্কে। হাওপা মেনথাং খোইকুম পাপু তাইফুম তাইনা প্রমচয়ককে।

য়োয়বু তমপা য়াংঙমলোন মৈত্তেঙঙ্ চম্ন পলেম পীনাইতাপী পম্নো পানাইতাপী, নপল লাইরেল ত উরোংমনাই, অংস য়াংপী য়াই, তুপী থিঙকোক লাইরেম্মপু লাঈরেল চিঙয়া কৈথংপা, তুপী সোত্তমপা, লাইরেল কৈ তমপানা তমপা লুকোম শাংপা শাংমাপী, নমা য়োযপু

---

মাইবী ওইবী লোন্লিব খো লাংদন, চুম্ নম্লিব চুম্, অচু লাংদন, অমদি পুনলিব থওয়ী খোজন মনুংদ লৈব ফিবক থঙবগুম অথুপ্প পুন্নমক থঙলিবী মঙব তৌব থবকফি ময়ম্ য়াম বী ঊবেম্ম, নবাং ঐগী লৈক্তোন্দ, লাংবন্ থাগী খোইহৌগুমন থুম্ব নহাককি খোঙ্জানবু শিদেনদ ফি থাংবগুম থাংবিয়বো হায়বদি পীনবিয়রো। ময়োল লৈব খেল হায়বদি খোঙ্হাং, মথোন হগুব পুঙ, থায়নাগী অয়িব চংনবী লোল খোংকপ শেলগুম অংখংব … পীনবিয়ু। হে মাইবী ওইবা তমপা নবাও কওবিবম্নু ময়ুগ মাইবগুম … তীবিগন্ন। তমপা ননা নথোঙ থংদ লৈশকচব ননাইন ঈপা ঈপুন থক্লংম থোম, অকুপা ঈপু ঈচা পূম্বক মথং মথং থকুবিব শাম্ন অংগ ময়গ তংন্দব মরী ওইবগুম ঈপা ঈপুদগি মথং মথং থঙ নবকপা য়াগুমন অংখোয় অগ্রাম্ শম্মকপু মেন্থিন তাইশিন্নম্লে। অকুপ লাওকি মংক তাইবগুম তাইশিন্দুনা থকুক্কয়ককে।

অচৌব কোনপি মপু ওইবী তমপা ঈংবম্ম, মৈ নিংথৌগি মচা ওইবী, নমা নপাদি মথক থঙদবা, মচা মনাংগ লায়নব তাউংনা লৈব নপান অচৌবী, তৌবঙমবীনি খোননব নমা থৌড়ক ক লাইরেম্মব চিংগুমব নপান কৈন থিংহুন

থাইমোম্ লাইরেম্ম লাইনাম্ব নামুংপী, মালেম তম্পাক লৈরেল হনপী, থুনপী সনাইহনপীনা লাংপল চেঙকুমনা তৌপগুম য়োয়পু নত্তোম তোমখাংনপী. লুংপল কাওখা নানমা তোনকানপী তমপা চাকোক অথৈপী. ফুকি মুরম তাপী, পাকি পারম শকপী, লুমাঙ শমলাং চাকা লয়, লুতুং শমচি ওয়রম হুল থোইমোম লংঙী মপোক থোইথোয়পী য়াইপী ফেস্তুঙ হোনা, হুমলেল শেফা তুনত্তা লীকলা য়াইফেল চনভনা যারা খোননাইতারিবৈ অত্তিংঙা পূমং পানতম নাইতারিবৈ, কুংচিং হীগোক লীকওংনা চিঙ্থৈ লৈনা পান্তমকুম্ ভনপী পুক্রীঙ তমপাদা কচেং নোংথাঙ কুপকুপ কচেং নোংথাঙ কুপফেং তেকুপলকপত্তা নপোক থোইরা য়াংহৌপী থাঙলেল হাইকুপ চেনপী, কচেং নিঙ্থঙ কনপী, অল্লাং মুংকোল শেননৈম চরাং না কমপোং তাঙকা নারিল শং লিললা তোংকোনপাপু থাঙশেংনপী চকংমাম থামবী মৈরিথক. মৈতরেং মৈ থাঙখোল ময়োংপী. নোংচুপ মৈরা পোনচেনপী, নোং মচী নোংচমথা, থবদ তুবী কাম থাঙব, লাইবেল কৈন শংপন তমপা নঙবু নত্তোমত পোকচবী, নমা ঈবম্ম লাইবেশদি লাইকনসু কি তুঙনব হংপোইন সোমন-বীনি, লৈপাক শেবদ অহানবী থুন শেমজুন থবায় পানব শেবদস্ অঙামবী নমান লাংবনদ চোংব চেঙগু গুম নত্তোমক দাংথোক ন পোকপীনি। লাংবন্তাঙ হওব কাওথাংগুম তো গানবী নহাককি নপোক্কনব লৈতবী, মপীরা মপী নত্তবী নীংথিগি ম তাংগমগ লুম হুঙি শম চংগা থাম লমন পুললম লুতুংগি শম ওয়রমদ পুনজুন নংগি শাফং অনীনি তাক্লিবী নিংইগি মপোক্ক পোকপদ অথোইবী, থবায় নুংঙাইতজনা হুম কাথন পোন বদ লৈচিনগি মত্তৌ ভদব. লীক্লান চোইন তাক্লিংঙ, খোঙ্গেল মপুং কাক্লবৈ, অত্তিয়ান কিরেপ থঙক্লবৈগ অমুব মচু মনুংদ অঙোব হায়কেং কবগ চিঙ্গংশ তন ব মতমদ অমম-অঙাল শিনুনবগি মত্তৌগমন পুক্রঙ তমলকপ মতমদ নোংথাঙ হাইকেং কুমদ নোংথাঙ কুপকুম পোক্লকপী, নংন থাঙগি মগি তাংগমবী মীপুক থওবদ লৈনবী, অবাংলোমদ কাঙব মুমংকি মঙানগুমব মচুদ চপাংপকপ কম্বোঙ নাগি শংবানুনব মচুগুম নিঙ্খবী অকেনুব নবিল অশংন থাঙশেংনবী, মৈচাক কম অল্লাব মৈরি মথক্ক শাদোং ওইবা, নোংচুপ গাংন লৈবদ পোনগুমব, মঙাল পুবগি মৈরা

লৈথাম্ তরৈশা, লংমাইরাঙপী চিঙচাউশ'পু শাথৈবী, লাইচম লৈমা খুদু যোইথেম্নপী, তমপা পামপ' কাপা. রাংঙম কৈরেন তো'ংপী, অঙৌপা শা'গাল তোংপী খেকলোয় মানপন থকপু লা'ংকোই শা'কোল খুরাপ থওপাপু লাংকোই খোঙকুল তাতাপী, মালং চয়রোয় নপী খংকো'ল খু'মংনাপী, নূঙনাং খুতানাপী, চাউনা তোনুখেকনাপী অঙানপা হেয়োয় চঙপী. নোং চুত্তানা চাইচোংপী, নোংশা শাতানা কৌ কংপী. ফওয়া মচেঙ কংপু কংলৈ পূঙকা নীকপী, চাইচোং ঈশৌ লাংতাপী তমপা 'কোরও অরাংপী কোরও লংমাইহনপী, য়োয়পু তোইপী কৌপা. তোইপী তংকান চমু, তং . ন মপী পূম'তিংরাক, মালেম্ লৈমায় হনপী, লৈপাক মাইপী রাচুমপী. তুপী ঙাঙায়ক চমু. ঙওয়া নোংঙং লেংপী. তওচেঙ নোংখোঙ হাইনা চাকতাপী. কোরও নোংনা নারপম্ন নাত্তপী, মালেম লৈনা খোঙপম্নু শোঙ্গপী কোরও নোংপু লাইয়েংপী. মালেম লৈপু লাইকনপী, 'কোরও মাংন খঙতাপী

পোনচেনবী হায়ন কৌনবা নেংচুপ মায়কৈদ থোকপ লৈথম্ মানুব নে'লক লিংথংলকপা নোংগি মঙম ওইনব মুংশা মপান লংমাইক্লিঙদ মচেং মচেং শাব মংশাবু শা চানবগুম মাঙহনবী, লাই পুম্নমককি মগুণদগী হেল্লিপী, মোই-থেম খুমগুম্ মীগী পূ'রুঙ গুমংংপী, অচৌব কৈ কাবী অচৌব কৈঙাওদ শা-তোং ওইবা, শগোল মোয়াদ শাতোংনবা খেকুলোয় মকোন্দ শগোল থওবদ শগোল খোঙুল তাদবী হায়বদি নহাককি অ বধ হাইমেগুম কোয়ব লথৌল চংপল চংখিবগি খুদম লৈতবী, মুংশিংক শোগনন লৈ'য়বী, নুংশিং মকোযবু শাদোং ওইম্বিবী, শিদব হুঙ হায়বদি লেঙত্রব লমদ খুদা ওইনবী. হাউনা মতো'ল চিনবী, নঙানন হেলোয় ওইবা, নে'চুম্নবগু নশাই চোংপী, মুংশা শাদ্রবসু কৌবদ কৌ কংবী নেংদো পক্ল রা'ী যমজাও োইবেম্ম মকোক ওইবী কে তমপা নমিংন তোইবা, তংগাল'ন ঙে'। পূগ'দ'রাক কোবী তাইবঙ-পানবদি লৈমায় অহানবী মাইবা ওইবদ লাইকাও চুনবী মৈগি মচু মানব শাগৈদ পোরুকপী তওয়াগুমন নঙদি শক্লিন লেবাক নিংথৌ তুন্ কাওয়িবী তও মঙয়ন চাক ওই-বী লৈয়েংল নে' লে ন অ। দী অনা অয়েক য়াওদবী মথককি অকায়ব যেনবা লৈবাককি অব'ব ঙাবপী লৈশাক নোংথৌ অনী-

মালেম নৈনা উত্তাপী, মাহু য়াংলও তেরা লমলাই ঙানপা চেককুমপী তমপা অচাউ পায়পুরোনপী অশাংলমপু কাপ চহু রাংকোল লাইরুরা অতেংপী, ঙুপী চিঙ্লাই নৈমা, লাইরেল কচেং ঙানপা চহ্ তমপা হেকঙায় মীহুংঙল য়ে রপু খোংনিঙ চঙপী, তনপা উনারাংপী নপল তাংশকতপী, নতু মীথাতাপী, তমপা খোইমোম লাইরেম্মা, হৈনা থোথিংকতাপী, খাংকাং কোয়োন ঙমতাপী, য়োয়পু পুক্নিঙ্ নরাচা, হেপনিঙ লমশং তোংপী, নৈকাই হেকলোয় চঙনা তোয়তওপী, খুথা নানুপী রাশম চেংনা তোয়্নান্ জোয়পী, চকপা লৈথ্ চাম্পা মিয়েংপী. তেকপকা তেকই মথক্তা, তেক্কা লাইচা ঈকপী, নোকা লোই মথক্তা থোত্থু চেঙচ নূঙননূনপী নূঙলাং নোংকা য়ামপী, খোত্থু নূঙমায় হেনপী চয়রৈ ইনুন য়েকপী, লাইজ ঈন পানুন শানুতোংপী লাংপাল উংতিশেকচুম ঈন শংলেংপী, চেঙহী ঙৈক্কা ঈন শমন পী লাংপাজ খোইরীকলাই রাকাপৈ লৈথীন থ'উ তৈপী. ল'মাই সন, লাহহয় থীন হয়ৈতপী মরাই শী.লৈ জ রুপে ন হেনাপী শমজেৎ তে নুনান্

মরু থঙব ঙমদবী, শখী লমঙাউদ লবাককি মাংয়োং ওইনবী উচেক মানবী, অচৌব কানব লখী ওইবী, মুমঙাউ লৈম অথোহবী, চিঙলাই লৈম ওইবী, মতৌক মঙগতন শাগৈগি থ'উমৈ ওইবগি মচা, শীগী মপুক ঙলহনবী, অচৌব কোন্দ পোকপী, তমপা লমচং ঙয়োকপী নপাবু কিদবী. নবুং নপাবুসু মী ওইন নিঙদবী, লাইরেম্ম ওইবী তে তমপ, নঙন জৌব থবক্ত ননিঙ ঙমবী, থিংব য়াদবী নঙন চংনিঙব থবক্ত খামকদবী তৌনিঙবত তৌরিবী, নঙন তৌনিঙবদ মতৌবী. লৈকাহ পাউথিনখোন্ন লমহৈনবী বাচেংন শাব শমজেংন তোয়্ন হাংপী, কেবাগি মথক্ত ঈরুজবতন নখো ওইবী, তনৌ তনৌব নখাদ নুঙন নুরা ননুনবী, পুক্নিঙ বাখল মরোল য়ামবী, নুঙগি নুঙমায়ন লেমনবী ইয়াকি ইনুন ইনুন কোমথোকপী ঈশিং ঈপাল লেরু ঈফ নাহুনত ঈরুবী, শেক্ত চুমব উংতিগুম তরুন চুব লাংবস্থাগি নোংন শমখেংবী, চেঙহীঙমর ঈনাংন শমকাবী, লাংবল থাগি বামিংত তাব ঈশিংন থাউ ওইন তৈবী, নোংমাইজিঙদ পানব চিঙ হয় অপুমবন হয় ওইন তৈবী, অনৌব পানব লশিং মপোপন লৈজেং ওইববী, শমজেৎ মথল য়ামবী, শমজি তনান্ তনান্.

য়ামপ। শমতুপ মানতেং হেনপী, তমপা শমখোঙ চায়ন ঈ, তাঙজ শমখায়রেন, থুংনিংথৌ তোমপোকপ ময়মকম খাজরৈখায়, খিং খিং তাঙজ শমখায়রেনপু লাইয়িরক মচৌ-মনাউন, চেঙজা ফৌহোল লম, চিঙশোং মতৈ মনাউন খালদৈ লওকুম লম কুমপী, য়াংজম শমজি নাউরোয় হুন, খিং খিং কাইনও নশমচিপু নতু ঙাংতোই য়োয়মোংপা লুনিঙ হুককুমপী, য়োয়পু তাঙচ লুমায় থায়পু চুনপী, শমলাং নাকতৈ পাংমন নাক। মাঙশোক মীকুমপী, শমলাং নাকতৈ পাংমত্তি কোম্বা কাইরেল ঈকুমপী তয়ম নাইরাম্নকে কাওরেল শনশিননকে তৌকুমপী চেকলা শায়া উকোং, মৈথোকন, শমলাং তোনন নানপী, ঙাউখোং হুপী শিনখোকহও, মোমহু খিকখারী চোমকারী দুর খিং খিং নাউরোয় খোং অয়াঙ নাইক। চহু লৈম অখোং অয়াঙ কাপী শামরী মেনোং থুংন ওনন সন। লাকা তোয়তুপ চনপপু খাঙকম নাউরোয় হেনকপী, য়াংঙম খপাক লীকশি খোললম, চাইজি হয়রাং চানকুমপপু থমবী, শমখোঙ খায়ন চেহরকপ তমপা লাইরেম্মাগী শমখোঙদগী তায়কপ ঈশিং, মতোমত পোককুমব থুংনিংথোগি নম কম লৈরিক নম্বর (মুক নম্বর) খাযদোকপ নিঙথিব মকমবু লাইমীরক মচিন মনাওন কৌ হোললম, চিঙশোং মতৈ মনাওন লওকুম-লওতা লংঙমন তমপু চি কৈ রপ পুনব শমাজ নীক-নীক তোব শমজিবু নবুং ঙাংঙোই য়েয়মোংবগি লুপি লুনিঙদ হায় লুশোন মমায় কজন খায়বগুম খায়দপকুচবী নশম্ নাকল অমন মথোক কায়কপ মীগী মায়খোংগুম লংন কবা, শমলাং নাকল অমন কাইরেল খাগী মরী পীরুব তুম্মেলগুমবী, মীনাই লৈগে মতাগুম, শলহৎ ওয়গে তোগুমবী, উফোঙ কোব উচেককি মযৈদ খেককৎপগুম নশম নানন হাৎতুন শমজি মমৈ হাইগৎপী। শমজি মমৈ তনান তনানবী হুপী ওইবগী শকতম উহনবী মথোক কায়কপী নুপীগি মপুঙফাব থীক-থান লৈতেংবী নুপা ওইবগি মপায়ি মমোম মোক্লকম অয়াঙ লোই নিংঙোল লৈম অয়াংকাবীন মথংলেল মমান মচাদ শীনব মথুংন কংন ওনজব সন। মশান মখাঙলাকপ খুদোন পোৎকুম খাঙনৌবী তমপা। বাংঙমংলোল লাইরেম্ম নহাকাক লীক্লাং পরেংন কোয়ন ঙ.নন-কবগি নাক অনীগী নিংথিব হয়য়াং চান অনীন সনান শাব মপুঙ কায়ব

চোয়বৌ সনা পুনসকু, তাউচিঙ হয়রোঙ লাকুম মরাই কদী, মুক্তা লীককোয় থিনকুমদী, থীকলেল চাইচি হেনবী, খাকী লান পুমপা, কিয়াং লান য়োম্পাগু অহেন মিৎচুপী য়ারেল খোংচি থপাক লীক পয়েংকুম, শেনবী হয়-ওংহোককুম হয়রাঙ চাতা মাননা মিৎয়েং থুকম হোংতাবী, তমপা চিম্পাল মোইকাই য়েংপগু শেনবী য়ারক শংগল তয়াল হয়কুম মোইকাই ঙাওনা হেনবী তমপা হেকমায় মীচুং ওল, অহেন মিৎচুপী, নাউরা থুংশা তনৌবী, নুরা চিনকোয় পুকহুপী, চয়রে লেংতা য়ানবা খালৈ লওমী মতাকনা লৈকাই হেন্নোই চওবী, নতা থুনুপোই য়ামবী, অঙানবা লৈতোঙ লেপ্পী, লৈরক শিনশু থুতিঙ্তা খোংপাল লোইখোক হাওতানা হিথেল চংলৈ থুতিঙপু শেনতনা ঈরু শানতেংবী, ঙানবা লৈতোঙ থুতিঙবু মীয়েংবী, খোইমোম নঙাইরোয়না চায়না শোংকিনবী, তমকা • নপল খোইনা পানবী পানখোইবী, নতু থোইন য়াংবী য়াংঙমলোন, য়াংঙম শকতরিদৈতো নত্তোম য়াংঙম শকপা, তমপা খাতারিদৈতা নত্তোম হাননা তমপা পুনওবন, মখোক অমতদ পানবা অয়োঙব হয়বু য়োম মনান মরাই কাওবগুম মায়য়োং কবা, মুক্তা থামব লাককুমন থবাকনা মচি কনন কনবা, কব্রংগি কিন থাখুম ওইবা, লশিংগি কি শেৎপদ চুনবী মাগি পয়েংন লীক পয়েংন থবাক তাওমবা কবোগি ওংহোকপ হয়গুমন য়েংবদ মিৎকম হোংব য়াদবা, নাচয়াপ অনী য়েংলবস্থ শমন্দ পানব তয়ানগুম চিয়াল ঙাওন কবা, ঙাওখোক্লকপ বাঙাঙ্ন পুক্লং হুবা, অথোইবদ পক্লবা নোয়ব অঙাংগি থুংশাগুম তনৌ তনৌব থুংশা পান্নিবা, নিংঙোলগি মচিন য়েংবদ পুক হুবা, মরেংবান্দ নাক য়ানহুন লও চৎপ মাগি মতাগুমন লৈকাইদ্ বায়েম ঙাওবা, মমামব ময়ুমদ কোয়ন চৎপা, অতোঙবদ অঙানবন তাবগুম মকম থুদিঙ মশক উবা, থবকত মকোক ওইহুন লেকাইগি থবক থুদিংদা চিৎথদবা, হিদেল থুদিঙ থাকন ঈরবা, লৈপুঙ থুদিঙ লেপ্তুন মীয়েংবা, নমামব লাই পুন্নবকন থেংনগদব তুচুংনবা, নপান থোইন চাউন পানলি হায়বগি পানথোইবা, নবুং নপ্বান বাংন চাউন পাললি বাংঙমলোল কৌবা, মীন বাংঙব হায়নগ্নিদৈদ নত্তোমতন বাংঙম হায়দবা, মীন তমপা কৌনগ্নিদৈদ নত্তোমত হানন তমপা

খোংপী, তমপা য়াংওমলোন কোয়ও অয়াংপা নুংঙাইথানপী, তমপা য়াংকা য়াংপা মথক্তা য়াংচাক চাপী, য়াংকম কাপী য়াংখুংনেংনপী, অঙাওপা মাঙহেননপী, অশিংপা তুংকোননপী পাঙ্কল হকশাং শরুক তমচতাপী, পুনশি ঈরাল-লৈপু মপান থাপী, ওননমগা খুংত শুপী, অথুমপা লৈতোল তোংপী, মালেম লৈপু লুপী, কোয়ও নোংপু খোনপী, মালেম চিথেক মরিমা, মাহুক্কে নিপালমা, শুংদাই ১৬ মা শিঙথায় ৬১ মা লৈরোল নোংগোল ৭ মাক নয়া মালেম লৈচংপী, নতোম য়াংই অয়াংপী কোয়ও নোংফংপী, কোয় ও নতে য়াম, য়াংপল নওঙ য়ামপী, য়াঙপী থুকম য়াম, কাইপী মুশোন তোয়পী, খোংপাল লোইথোঙ থুতিঙতা লেরক শিনশূ হাঙতানা শালওল য়ামপী, তমপা সনা নখোঙথুল খোঙপুরোন খোঙ্কুল লোনয়ামপপূ মায়া খোঙ্কুল লীনা সৈথিচয়ককে।

য়োয়পু তমপা য়াংওমলোন কোয়ও অয়াংপী নঙপু নহাল কৌজবী। হে তমপা বাংওমলোন-ও, নংগেবু বাংন জেথানপী, বাংকগি বাংব মথক্ত অবাংব চিঞ্জাক চাবা, অবাংব কংকমদ কথী, অবাংবদ শাদোং ওইনবী, অঙাওবগ অশিংবগ অনাদ অঙাওব শাঞ্জংন মাঙওইনব। জগন হকচাংদগী হেনদবী, অয়ায়ব ঈশংঙমব, লৈতন য়ায়লব পুনাশয় পাথা ওইন থমবী হায়বদি হিংনিঙবমথে পুনাশবা, অহাও অথুংথক নখুংও পায়বা লেমায় থক মরু ওইন নোংমদোনগা তুন মথী থংমন পৃথবাপ নিথেং মাং, মাহুক্কে নিপাল শুংদাই ১৬ শিঙথায় ৬১ লৈপাং নরোল্ অয়েংমঙ নহাবকি নয়াথ শিনব থুংন চংলিবা হায়বদি ময়া লৈনবা নহাকন বাংবন মকলি, নোংমথোল পহন বাংই। নহাকি লেকন নকং মনুংগা নশংক নওঙ য়াম্বানি। নঙগি লখী য়ামবন লৈকম তোয়ন হাংবা খোংগা সুদঙ হায়বদি খোক্লকপ হিয়ম্ হিয়ম্ তোক্লব ময়ম থুঙিঙদ থোয়ম অহাওব লেঙবা, শকলোন্ য়ামন তমপা নঙন তোথিব থবক্তাক ময়ম অহুগা নহাকাকি নপুন্‌চেল্‌গি ময়ম হিয়ম-ঙব নঙন তোথিব অয়ামব শাজং পুমকপু মথং শিংন খোঙ্গুল লীবগুম্ ঈশন থিজয়বকে।

অচোব কোনুং পোক্লবী অচোবগি মচা ঈবেম্ম তমপা অবাংবী নঙয়

সিকা চাইহনৃতানা কোয়ও পাকন্ কাইরেন্ পা-ও, য়াংপল্ খোইয়া অচিপা. লাইচা ভয়ঙ্ ঈপাকৃথক্তা চিঙঙ, ঈতা'থাই অনাম্পা য়াইপী ভীল্ভাউরেল্ নঙ্না খৌহ নুঙ্কাং শাকাংথক্তা লেরি নুঙ্কাং মহারাপাগা ভীল্'দি ভীনৃভাউরনৃকা লায়েংনানা মালেম্ মনুং ওইয়কৃপা লোইদাম থাচা চপূক থাম, ভড়া চাথাতানা কম্ভম্পা খোক্কেল্ থাকপা তেংলোয়্ননা চিঙ্শানা য়াইপী মপান্ কাক্ লাক্লা চিঙ্গুটৈ, নানথাই পুঙ্ হওপানা চিঙ্যা কৈনা থিংনা তুরেল মাপ্তুপা, তুপী কোন্ভম্পা লাইরেল্ কৈতম্পা থিঙ্কোক্ লাইরেম্মা তুপী শাংমাপা লাইরেল্ য়েকৃমাপা, য়াঙ্পীরেল্ শিতাপা কোয়ও শয়া কাশা লাই মালেম্ লৈনেম থক কোয়ও নোংগলম্ থকৃপ্ নোংভম্পা য়েকৃনা য়েল্লৈ খিল্ থাক্য়ী তুরৈ য়াংনা তুমিং জিশিঙ্ খোকুম্ নভাল্ মৈয়া হওপা নঙকা নশানৌ য়োইপু খোইমোম্ লাইরেম্মা লাইনামুং নামুংপী ভম্পা অচিপী ময়েঙ্কী তেংথামায়কপী

---

লাই পূয়মক্কি হওকম্ অথোইব, ঈশিং থক্ত ভাউহন নভোম্মত লৈব লাই, ভীলগি মশক্ ওইব অভাউব (অয়েম লৈভব) নঙ্ন তুমদ মাঙ্দব নুঙপাকথক লেরি নুঙ্গাং মহারাবগ ভীল্গি মনুংদ মকোক্ ওইব লেপ্পব লাইগ থঙমীগুম্ তাশিন্ন য়েংনহুন লৈপাক্ মপুঙ্ কাহল্লকপ, অজুগ থাথায় অমা-চাদথক্তন থৌনাব ( মথৌ ভৌব ), খেন্জেল অয়াকৃপ* লোয়নন লোং পূয়মহূন চিঙ্দ পূয় লৈবগুম্ থবায় পানৃব পূয়মক্পু পা'বোং লাক্পগুম্ পুয়প্ন পুব মভমৃদ নানৃথাই কৌব পূঙ্ খোনৃবন চিংয়াদ কৈদ থভ্ন তুয়েনবু পল্ থিংবদ কোয় থাঙ্থিন্নগুম্ থাঙ্ব ঙমদগ্গি কৈদ থংপদ (থিংবদ) লাইয়েম্মবু মচা পোক্হনব মভীক্ লৈব লাইবু পোক্প, অথোইব লাইনি হায়বসু নঙ্গি ময়েক্ন (নশক্ন) ভাক্লিব, লৈপাক্কি য়াঙ্বী হায়্বদি জগৎ পূয়মক্পুয়িব লেঙ্দব, অভিয়াগি অবাংবদ লৈব অথোইব লাই, নোংলেল্ লৈয়োল্ অনীমন ভৌগদব থবক্পু নোংদম্ নোংথাইয়িব, ময়েক্ন লৈয়োং শাব, নিঙ্থিন থায়্র তুয়ন তুমিং ১০০০ খোকপগুম্ মৈয়াগ মানৃনব নভাল্ লৈব নঙ্গ নশানৌ লাইয়েম্ম লাই পূয়ম খোক্কনিঙবী (হজোইনবী) গুন্ ভম্পা লাইবেম্ম অথোইবা হা।

কোনককম্ লৈতকপী, মানককম্ লৈয়েংপী, মালেম্ সনা লৈথম্ লেম্বপী লৈয়োল্ লৈমা লৈহিং কোনপী লৈশূক লৈখোংপী খোমপী খময়াই য়াংয়াইচু কোকচা লৈরেলচু হম্পু নায়েংশূপী চিঙঙ্ লাইমৈ হুইনা তাইপঙ্ ওমলোংই শূপীকা উনপী পূক্নিঙ গুমপাতা খাংবী লাইবী য়াংনা লিনূক্ লৈচঙ ওইপী শেক্লিঙ্ চাওথম খাপী লেনক থংখা-পাতা নানম্ শিঙনম থাঙ হুমপুম্মানকি তোন্নৌ য়াইপী লীহৌ-নানা চুংনাং কাউথঙ্ কোনপু কোয়ও নোংখোয় মতোল্ লোম্না লোংলী সাইয়োঙ্ ময়াকুম্ মচুমথা অতূ হুইপী য়োয়পু মঙাল অয়া-পানা খোইমোম লাইশক মপূঙকানা মালেম্ লৈখেম্বপী য়োয়পূ নঙাল্ অয়াপানা নরীগুংথম লীকা হুনকুমপানা খোইমোম্ লাই, মমু পোং থয়ায় অচৎ-চৎতা অয়েপ্ অপকমা পূয়মকি চেংলও শক্খোং ওইনা তাইপঙ্ কোয়চানায়কনা লাইখায় তাবারিপী, চিঙঙ্ লাই শিত্তাপাপু পূক্নিঙ্ মিঙশিংনানা তেংপাং পাঙল্

---

হৌয়কপদগি কোনবী, হওবকপগি ময়মন তরুবদগি হায়বদি চিংনবদগি খোক্‌ন ওইখিবী মীন য়েংনকম ওইব লৈপাক্ মকুম ওইবী, তাইবঙ পানব অসিব নিঙ্খিন থমলিবী, লৈয়োল্ পূয়বককি লৈপাক্ অহিংবদু কোনজিবী, লৈন্নুংদ লৈব তীন-কাঙ্ পূয়বকপু য়োকলিবী, মখোয় পূয়মকপু পানগ য়োক্লিবী লৈয়োন্থ কৌই। অম্ভুপ ঈবেম্ম নহাকতি তাইবঙ্ পানবগি জীব পূয়মককি অখি অনা নোংদম্বনি। নহাকতি লাইগি মমৈ ওইন তাইবঙ্ থয়ায়গি অয়োইব পূক্নিঙ শেম্লবীপ পূক্নিঙ্ অঙক্ চঙন খা-বাং চংনহুন কিভম্ তাখিব লৈপাক্কি লৈচঙ্ লেনক্ ওইবী. অয়োইব মনিঙ্‌ন হাওশম্‌গুম্ হাইথব মকুন থুং মানবদ নাপী-শিঙ্বী হওহনদন লৈপাক্ ময়োল্ অহগি থবায় ওইব অনৌব ময়োল্ চোংহনহুন নোংদোল্ লৈপাকপু খেব মতোল্ লোম্হন সাংয়োঙ্ মরীদগি কাপখোক্কপ সাইয়োঙ্ ময়গুম চোংখোলকপী ঈবেম্ম নহাককি নঙাল অয়াবন লাইগি মপূঙ্ কাব মথক ওইহন লৈপাক্ শেমবী, নহাককি নঙাল্ অয়াব হায়বদি নতাক নগুণন নঙোম্বগি খোক্খিব লীক্লান হনগৎপগুমন লাই, মী, থবায় পানব অচৎপ চত্তব, অযেপ্প পূয়মককি মথক ওইন তাইবঙ্ পানব অসি য়োকলকন

ওইনগী, থমোই লৈয়েংনা, লৈমুংশি থম্পাল্ পীপুক মুংতা উন্‌গী নিঙ্‌শিঙ্‌ তাংথং নাইতানা থমোই লাইমিং ওইনাপী মুকম্ লৈতোন্ তোংগী, লাংপল্ খোইয়েল হীকুম তাংথং নাইতাপী চমপূ নায়েঙ্ শূগী লৈকি মথং লেংগীকা নোংকি মথং লেংগীকা চিঙ্গাই নাতে শবচিন্নাপাতা শুমতিল্ লাংকোয় য়ায়ন্দা লাংনা থরায় লাংওন্‌নাপা। উমিং তোনৃতাং তাংশোইরেল্ হুনৃকুমনা অ'প'কচাস্তা লাই-হই য়েনৃগী য়োয়্‌পূ লাইনামু নামুগী মংগন্ত কি তেংথানায়কপী তম্পা চেংলও শকনাইত খোইমোম্ ল ই গপকমা পুন্নযকি মঙাল্ অয়াপানা চেংলও শকুথোং ওইনগী তমপা নঙাল্ অরাপানা খোইমোম্ লাইশক ওইনা য়াবীনাকিপী, পাঙ্কল নথো লৈগী, খুংশূ নথো হেনগী, খুংশং কাঙ্গেঙ্‌ ওইগী থরায়্‌ অপকমা পুন্নমকি নিঙ্‌শিং চুংঙাইনপী ময়েক্ নারিল্ ওইগী, নামুগী থার' মোয়েঙ্‌ তোংগী শাথও পাকল্ থেকপী, পাঙ্কল্ ঙমখৈ লৈতাপী খোই-কিয়েপ্‌ থঙহনখিবী, শিদব লাইব্‌ নিঙ্‌শিংজ্রন নতেং শাংনবা পাঙল ওইবী, থম্মোইগ থম্মোইগ লৈ লেংবগুম মগ্না থমলগ লৈনম চুংশিরব থম্বাল্ মনমূন পূক্কিঙ্‌গি অকাউব লৈজনৃদন থম্মোইদ চিংথদন নিঙ্‌শিংহল্‌লগ মক্ব লাইগী পূক্কিঙ্‌গুম্ ওঙ্গন মীওইব গ লৈয়েংদ কমলিবা বা ঙাঙ-থোক্লকপদ লাংবল্ থাগি খোইগী হৈবগ্ম মরী তত্তবী লাইব্নিক্‌ লৈম লৈপাক্ মরোল্ মরোল্ লেংন শেম্বগ নোংদৌ লৈশাক্ মরোল্ মরোল্ লেংবাগ অনীগি নাইতে অনৌ শমৃক্কিরবদ শম্নবগি ময়ায়দ লেঙ্‌দন লৈজ্রন, থরায়্‌ন মথং মথং পোক্লকপদ উমিং অচৌব শোইনৌ চোংবগুমন মচাংশূ মথং মথং পোকৃহনবী, লাইগি মচাদ লাই পূন্নমকগ অথোইবী মকোক ওইবানি হায়ন হৌবদগি মশিঙ্‌ থারকপীন। তমপা নঙদি নশক নওঙ নাইদবী লাই পূন্নমক্‌ক মঙাশ অয়াবন নশক ওইনবা, অংগ তমপা নঙগি নঙাল্ অয়াবন লাই পূন্নমককি মশকন হা নইবান। তমপা নঙদি নথোনা পাঙল্ লৈবানি, মথৌ হেন্ন হায়বদি য়াম্ন থৌব থুংলাই শাইবী, নখুং শদবন ক হেনবানি। থরায়্‌ শানবপন কন নহাকপু শোনৃবদ চুংঙাইনরিবা, লাইরিক্‌ক মশক ওইবানি। নহাকতি হৌনদব শান শাদোং

ময়েঙ্কি ভেংথানরকপী মালেম্ নৈরৈতম্বিদৈতা লাইচা তরঙ্ উপাকৃথক্তা মীরেপ্ মোম্কাইপী পান্তম্খুম্না পম্বিং মরী তংজনা তাম্হোঙ্ ময়ুং তম্ লম্থোঙ্ মকৈ ওনুপী পম্বিং লাংগঙ্ থাপী লাইচা উকম্ ওইপী, মালেম্ নৈপাক্ পোৎলুম্ থাঙপী, মোংথৌ পোৎলেল্ য়াপী, চিঙ্লেল্ পোৎলম্ পুপী, খুঙ্গং লাংপকোক্ চসু তম্পা লাইনামুং নামুংপী নঙ্না নশাপি লাইশামুং নামুংপা ময়েঙ্কি ভেংথ'নরকপা মালেম্ চনিঙ্ নৈথৈরোম্কি নৈহু থুংশাপাতা পাকনপা য়ুতাউরাই অয়াঙ্পা থেংনা য়েল্লৈ থেনুপা লাইরেল্ তাউরোইনাই অঙৌপাকা তম্পা শকুথোং উঙাঙ্ কাপী নঙ্কা তুপী নাপিঙতা পুম্মা, তম্পা য়াইপী লীয়েংনা চিঙঙ্ লাইরেল্ শিতাপা তোনুতও অঙৌপানা ভাঙ্না লাইনামুং নামুংপীপু লীয়েংনপাকি লাইরেল্ তাউরোয়্নাই শিতাপাকা থম্মোই হুংবোইনা মালং য়েংতা লয়্ লয়্ মনুনা, থম্গোল্ ওয়্তা লয়্ শিন্থম্নানা তাইপঙ

---

ভরবর অময় মতম্ ওইরিডৈদ নতোম্লতন নঙণ্ খঙহন্বী, তাইবঙ্ পানব অসিদ নৈপাক নৈত্রিঙৈদ ঊশিং তয়ঙখক মীওইব লেপ্হোনবগি দম ক পাম্বং মরী তত্তন মী ময়েক্ তাউবগুম মখুং মফেল শেম্হুন পম্বিংহন্বী, ঊশিংন তুঙনকম্ ওইবী, তাইবঙ্ পান্বাগ অবাব অরূব থাঙ্লবী, নোংদোন্দ থোকপ থবক্কি হায়বদি গ্রহ, নক্ষত্রনাচংবাগ থবককি পোৎলুম্ য়াম্বিবী, চিঙ্গি অরূপ পুম্বিবী, দ্বাপুর কম্বি পোকপা মতুংগী মচা হায়বদি যুগশিং অসিন নৈত্রিঙৈদাগ নৈমরুবী লাই পুম্নমককি অহোবী তম্কা লাইরেম্ম (তম্কাগুম্ অতাঙবী) নঙন নশাবি নৈশেবতেদগি লাই মকোকনি কায়ন মগুণ শক্তুর, নৈপাককি অয়োইব খুং মওঙ্ য়ানুবদ নৈপাক্ কাব, তাউত্থন মাঙন চৎপ থেংনব নৈরাং মানুব চিরেল্ লাংবেল্ নাইব লাইরেল তাউরোইনাই অতোবগ তম্কা লাইবেল্ খুথোইবী নমায়্ উঙাঙ্ কাবী নঙগ লাই অথোইব নবানিন অমত ওইন তিম্নন পুকচেল অমত ওইহন অথোইব লাই শিদব মহাকাক খোঙ্চৎ অমুংব মতোন্দ মচু তোব লাইব লাইগি মরক অথোইবী নঙগ লীংবগী লাইরেল্ তাউরোইনাই (ময়োই হন্দকাক তম্লা। অদ পানথোইবীগি মমাবি।

নোংশা পান্থা খোইমোম তোয়্তও হৌনপা, খোইমোম্ কোয়ও অয়াংপী নঙ্পু তম্পা নপোক্ হাথহৌকে হায়পাকি য়োয়্পু তম্পা লাইনাম্নুং নামুংপী তাইপঙ্ খরায় পীমাপী খুমুং লম্চা চমু· লৈমুং কাইপী থেরা কোল্লাং লোয়্না শিন্পী মতীক্ লীহৌ থঙ্তাপী য়োয়্পু লাইনাম্নুং অচিপী নঙ্না লাইরেল্ তাউরোইনাই অতৌপাপু চুপী তাঙ্য়েক্ খোয়া চুপী শমল্ লীকিমানা তম্পা মামুকম্ লৈয়েংপী, কোন্নুকম লৈতকপী, মালেম্ সনা লৈথম্ লেনুপী, 'নঙ্না নমোম্ কোয়ও অয়াংপীপু ইংথেল্ নোংকাইতা চুমিৎ চয়্য়োন্তানা মাল্লৈ য়াঙ্পী নঙ্পু কীকম্কুম্ য়াংতৌ হেক্মায়্কানা চেংলো মিংকুপ্ মরুম্পু নাউপুয়পাতা তম্পা রাংথম্ লোন পান্থোইপী নঙ্পু চুমিৎ লাপা হাকোক্না, লাইরেল্ লাপা হাথানানা তম্পা চাকোক্ অথৈপী নঙ্পু নাউনৌয়পাতা লাংপল্ চেঙকুম্ পান্থম্ কুম্ তোম্শাংনা মালং য়াইপী কাওকুম্না নাউনৌয়পাতা য়োয়্পু নাউবা নথুঙৈ হয়্রাঙ্ চারি নতম্ হৌয়কৈ রাংথম্ চেঙ্লৈ

মনাওগ লোয়্নন তাউহুন লৈব) পুক্রিও অমত ওইন য়েৎত লয়্রে লয়্মিন্ন, ওয়দ লয়্যে লয়্মিন্নন তাইবঙ্ পান্ব অলিদ লাই পুয়মকুকি খোঙ্হৌকম ওইনব লাইয়েন্ম অথোইবা নঙব্রু পোক্হৌগে হায়বগি তম্কা লাইয়েন্ম অহেনবী (পাঙল্ হেন্বী) তাইবঙ্ পান্ব অীবগি খবায়্ পীনবী মমা ওইবী, মমাঙ্রৈঙ লৈশেম মতম্দ মমা মপা লৈতবন লম্জা ওইবী লৈশেমদ মাওয়বী, থুহ খয়ঙ্ পাইবগুম্ মাঙন চৎপী নঙগি নপাঙল্ অমসুং হঙ্য়কনম্ থঙদবী, লাইয়েন্ম ময়কাগ অথোইবী নঙন লাইয়েল্ তাউয়োইনাই অঙৌববু অঙাঙব মচু ওন্থনুহন (মৈবী খোক্হন্ছন) নগুণ লৈব লাই নথোয়্ অনীন পুক্চেল্ তিয়থিবদগি তম্পা মাগি কিতম্ লৈকম্ য়েংবিবী, অমসুং নহাক্কি লৈ-ওঙ্ (লৈপাক্ মওঙ্) য়েংব লৈপাক্ তক্খোক্বিবী হায়্বদি চিংথোকখিবী অহুগ লৈপাক্ অদুবু লেঙ্দন থম্লিবীনি। *নহাক্ন নমোম্ লাইয়েন্ম অথোইবীবু পোক্খিবদি ইংঙেল্ থাগি লোং নংদব চুমিৎ অকবদ হিয়াক্ অনী তাইবগুম্ নমতাউদ লম্ওকনবদ মথে লাংলুবদ মিংকুপ্ মরুমদং নাউপুয়গ (মীয়োল্লগ) তম্পা পান্থোইবীবু পোকখিবনি।

লয়্খাঙ তম্লক্লৈ, কৈরেল্ চানা কানুতম্লক্লৈঙো ঙপাম্ চিঙ-নিকিতী লাইয়েম্ চিঙ্, তম্লম্ তমনিকিতী লাইয়েল্ তম্, পাৎনি-কিতী লাইয়েল্ পাৎ, ঙাম্নু তশেংখোং পাৎপু সৈঙলুপী তম্পা নঙ্না কোয়ও চুমিংমতী নতু মোংপা য়ুম্মিঙ চুং খোঙ্শিং নাপৌ খোঙ্লম্, কৌপারোন্পু চনু শংলও নাইয়েন্ ৱাঙ্লোই হুয়্কোয়্ পানুতম্হু ময়েঙ্ খঙ, খয়োয়্রোন্ হেক্ঙাইপু লিমকোয়্কি মথৌ কম্পোংপা নাউরা থায়াক পুঙ্কোয়্ চল্, খোংপাল তয়খোং পূরুহুং নাউথুম লাপু তম্পা নঙনা চামলও লাপোৎ শেম, শংলও য়েনুপুন শায়েল্লাঙ লুখোং পুনা য়াংকাইরম্পী চেকায়্ লংপীয়াপু তড়েং শেনুপু শা, খম্হুং শিতাহুপী য়াইখোঙ তংকান হুপী মথুৎথাপু লোইহু থুমকা ওইনপী পাউতোয়তমপী, কোয়ও চুমিংমতী নতু মোংপা য়ুমলেল্ মাঙ্তা কোয়ও হুয়্মুরৈয়া হুচেং য়ামুপী

---

হে তম্পা পান্থোইবী নঙ্দি নীপা ওইব চুমিং লাই অথোইবন মচা পোকঃ পঙ্লন নীপাগী চাপোক অবৈবী ওইন লাংবল্ থাগী মতোম্ত চোংব চেঙ্-গ্খঙন নতোম্মত হুংশিৎ নোংলৈ অকম্বগি ঔথন্ঙম্ন চোংখোক্ন পোক্-বদ ইবেম নঙ্ন অঙাং ওইরিবৈ, অহুগ তম্খৎলকপা হয়্ঙমন পীক্ৎলবৈদ, লৈপাক্কি লৈমি তম্ব হৌয়কৈ অমসুঙ্ উচেন্ন পুব ঈনাংল মকম্- চান লৈকব-শেম্মকৈদ নপাগি মবমদাগি য়েংহন লাইদাগি অয়েব চিঙ্, তম্পাকঃ পুব লাইগি লম্, লাইগি পাৎ ঙাম্নু তশেংখোং হায়্ন কৌনবনি। মোংবদা পান্থোইবী নঙন নপামগি মনিঙ্লোমদ পৌয়োম্ লোনুব হুমগি মনিঙ- হায়্বাদ চঙ্নদব লম্- কোক্রু চঙ্গ চিঙ্খোঙদ হঙব এন্শাং ওইন খোংলব হুয়্খোঙ্গি প লমঙম মপা কোয়্ন, থুম্ন্ চনু হেক্ঙাই হুন পোকপ কম্বোংঙম নাউয়োম হুংদ লৈখিবৈদ পোমকংনহুন হয়্বাদ মী ওইদন শিয়গ ওইথিব খেংবান্দ হঙব পানুখোকলাবু লাগোৎ শেমহুন, য়েন্শাং ওইন মপুল্ পুমগ নকোক্ত খোঙ্ৎতুম পুয়মবা, লংহুন পাননব চেপাম্ন শেদ্ ৎহৈন্ময়ই। হমপা নঙদি শিগদব মবু পাউখেমবা থমহুং কিকোই লোৎনবা, তাইবঙপান্গি থবায়্বু কায়বীন থাব হায়্বদি আশিবতম- লৈয়ব লৈথীবু পুম ওইন পীহুন পাউখেথোবি। নোংমন নপামগি হুবজাউগি

শঙ্গোও য়াথায়চেং, থায়্চেং অহল্পা চন্ু, নাপি চাউপা পুক্ময়্রেম্পনা কাওচাঅাপী ময়দ উল্, কোয়ও হুয়্নুরৈমা দুচেং য়াবপী মধা ওই. মপদ শঙ্গোও মখিপা ময়দ উদ, পুমায় হা তিংথৌ তিংথো ভোদলোঙ্গপা, মোংপা নৈরাই দামথরী. নৈকু থেংথয়ী, মালেম থোমশীয়ীপু তমপা নঙ্না তিংথৌ দাকা থংমা কোদোয় তানকোই শানা য়াংঙম থুংকাং দোয়্না পাউতোব তমপী তিংথৌ অেল্লোঙ দাকা তংমা, মচেঙ্ কাইরৈ থোঙকাও তম্পী তিংথৌ দাকা দোক্চানানা য়োয়পু থোঙপাক্ কমলোই তাল্ ঈপা ঈপু শমপু থোকৃও, চেঙমি কৌকাক্ থোকও, দাংকোই শগোল্ শামু থোকও হায়না কাইরৈ দোং, তিংথো দাকা থ্প চানানা য়াকাতম্পী, তমপা মৈতেংচন্ু বাংগোল্ দাইরয়া অত্তোংপী, নয়ুম শেয়োয় দংমাই কাং, চিঙশাং কাংলীনাই, ঈরোক পাকন কাং, মোইমা তামুন কাংপু চিঙচানা কাংচাই থৌ, কেনতিন শোনচানা পাঙথং কাংচাইনানা পাউতোয়তমপী

---

মমাঙ্দ হায়্বদি নোংপোক্দোমদ, শঙ্গোঙ্ বাথায়্চেং অহন্থগি মচান্পী য়ম্নাই তোয়্বী শাইবেম্ম হুয়্মু নৈমধু দুহোংবদ নৈবাকৃকি মায়্য়োং ওইব ( মকোক ওইব ) নাপি চাউবদ উয়কপ, অউন দোং, হুয়্মু নৈমন শাউবদগি মপাবুং শঙ্গোঙ্ মখিবন উয়কৃপ, পুমাঙ্দ পোকপ মতোল্ দোঙ্ব তিংথৌ, য়ম্গি দাভিদ দাম্থক্তন ময়ী চংপ. নৈকু নৈরাইদ ময়ী হাইখব, নৈপাক নৈমায়্শীন্ব থুংন চংশিব তিংথৌবু থংলগ, তম্পা, নঙ্ন থুদোপ, শাহন থুংকাং থুংন শিয়গ তোয়্ন পাউতম্ই । নঙ্ন তিংথৌ মতোল্ তংপ কাওব য়েপ্ কাওনহন্নি। তিংথৌ মমা দোকৃলক্প হায়্বদি কংলক্পা অহুগি মশিঙ্গ চানব থোঙপাক মকম্ তাল্লগ ঈপা ঈপুগি হাওখদ্ থোকউ, কৌগাককি চেঙ্ থোকউ শগোল্ শামু থোকউ হায়্ন য়েল্গ তিংথৌগ দোংশিল্লগ মীয়াম্ তিনব ময়ক্ত য়াকায়কপীনি । মৈতুম্বগি নিংতোল্ বাংগোল্ শঙ্দ পোকপদগি অথোইবী, নয়ম্ শেয়োয়্ দংমাইদ হওব কাংবিদ্, চিঙ্শাং থুংন ময়ী চংপ কাং, ঈশিং চেব দোকৃদা থুংন ময়ী চংপা কাং মচী কোয শদ্ মচীওম্ ময়ী কোয কাং, চিঙ্ থুংনব চাইথোকৃপন মথৌ ওইব. নাপ চীক্ক দোয় পাউ তখন য়ুহী দাঙ্নব পাউতপী

থরো কাংজম ওননা তোয়রক হৌরকপী, তমপা চয়রৈ লেংহম চাউ, ওাবপা লৈতোঙ লেম্নী, নত্তা পূনশোই য়াম্না ৈনকাই হেন্নোয় চঙপী, য়াংঙম হিজেল্ নত্তায়মত্তা উত্তী শমখোং শেং, চেঙহী ওাইবা নীক, খোংপা কিয়াং পুল্লোন লাইচা ইবু তাল্ ঈযু পাশানানা থাজেং খোইপী, নৈরাই থুডিঙ হেমোইপী, হিজেল্ চংলৈ থূডিঙত্তা শানজেংপী তমপা হেকওাই মীনুংওল্ নওনা অচাউ লেপ কয়া শাংশূ লমওমলক য়াংঙম্ চয়্রৈ মীকৃতমৃলক মাল্লও নাকৃতম্ হৌয়কচৈত্ত নপল্ ফুংবা খোংলুম্ পাল্, নহু য়াখোঙ্ চায়েম্ পানুকি থূয়া ঈচোংত্তা থুত্তোল্ মাহাইতানা খোংপা থাওা নিংতোল্কাত্তা তম্পা নতোম্ য়াত্তাহান্পী লৈমা লাইরোকলেনপী লাইরুম্ লাংপী, লাইরুম্ চোংপী মেৎপী লাইপী, মানা য়াত্তাতায়্রিতৈ তম্পা চূপ্পু খোই য়াংঙম্ লাইপু য়াংনা নহু থূওা নিংতোল্ কাত্তা য়োয়্পু নতোম্ য়াত্ত কনা য়াওতানা য়াহীপ্পী তম্পা মৈপী হায়্তোংপী, মেয়েল্ তোম্শাৎনপী নঙ্পু পোম্পী তুকুম-

কাংথিন্ন থগ্নো ওন্দুন চংপওম্ নপুক হোংলক্পী নকি লেংহন নাইজন, অহাঙ্ব মীন উব নৈতোঙ দ লেপ্কগী, নমানুনবগি মযুদ কোয়্কম্ য়ান্‌-বী, নৈকাই কোয়্ব চংভূন বাচোই ঙাঙ্বী, নখোয়্গি হিদেল্ তাকমদ উত্তীন শমখোঙ্ শেংলগ চেঙ্হীন শমদোল্ কান ঈঙ্গবী. নকি কিশি শেং-লগ ঈক্-নাহুন শাননবী, নৈয়াই থুদিঙ্দ নকে শেবী, হিদেল্ থূদিঙ্ব ঈঙ্গবী, নঙ্ব নোকপদ মীওইবগি পূক্লিঙ্ হোংহনবী তমপা নঙ্ন পুংকক্ চাউয়কলহন নথৌ তৌব ঙমলকলব নকি কিদোম্ শেংনিঙ্. শেংমাঙ্ তৌয়কলব ইনবি নাক্ত মেগ হৌয়কলবদ নপাগি শাইগিগি মপাল্ অমসুং নখুংশিংগি মপানন চাবদ ননিঙ্ তৌয়কলবদ, নিংঙোল্ নঙ্গি নিংঙোল কাদ ননিঙ্, নথা তৌন কমুং তোংঙানন থাব অহানবী, লৈম্ লাইরোক্ লেনবী, লাইরুম্ লাংবী, লাইরুম্ চোংবী মেৎপী লাইবী কৌবীন হিপ্ত্রিব বা, নমুং নপ্গি নিংঙোল্ কাদ তমপা নহাকন কনা অমত্ত য়াওদন ননিঙ্ নথা তৌন মাহিগ্নী, তম্পা নঙ্দি অহানবী মৈপি মপীদ তোংলবী হায়্বদি মৈবীওম্ মগুণ নৈব শাইগদ পোক্পী, অথোইব মৈগুম্ হায়্বদি নত্তীকু নগুণ চত্তীব নংতোম্ত পোক্চবী তম্পা নঙবু উংগকন চিন্লোক্নবওম্ মায়খোক্নন

পপু হানুমা চিন্‌গার্‌ চুমাম্বা ম্লাংগম হর্‌বা মঙ্ কল্লপা, পাথেন উম্লাই হকলপা, য়ুমচীন্ কাকৈক থাম্ পা, খিঙ্‌লেন্‌ খয়োম্ শাম। নৈন্নাং থোম্‌খোল্লপপু পাচা থৌখিংলাপা। থেনবু হানুবা নান্নমলাপ তি কনানো ?)

---

## ২। নিংথৌ শা পাইপা

চাওবে নোংচুপ লা পাংপারমকি মমা পিত্তিংকোর্‌ লামুপী চা, নংথৌ শাপাইপা নৈমোল চাকে'য়্‌ উথাপা, লমপাল্ উরিংপা উযাম্‌ কোন নিঙ্‌খিপা, উকোনুমেংশাক্লাপা, লম্পাল্ থোইকংপা থোইচু নৈমোল পান্, নৈমোম্ চাকোম্‌ পানপু ম্নাংলৌ লওচান পানপু শৈওনপা লমলেল্ নুঙ্‌কাপা পোংনাউথীপু তানুনা থল-লপা, লম ভূ থেংগোইরও, নাউঙা অত্তেক অনৌ শোম্‌, হাওকাপ্‌ শাভা কৈভাল্‌ লম্‌ কৈ-কামুং চুঙ শৃকপা কামপুঙ্‌ লম্লেল্ তোক লেল্ তোককম নৈমাম্নংপু কৈনা লামনা, ম্নাভেম্‌পা, তাখংলা উথাপা পাথেন উথাপা পীতিংকোয় লাম্‌পী চানা বাহম্‌খিবে।

---

বা ওাঙ্‌মব হানব লায়জবদি নঙ বু লায়বব লানুব, অহুগ উম্লাই থাব হান্-বওম্ লাম্লহুন থমুব, হুই থাহুন ম্নমজি অনী কাবওম্‌ শাংগ অনী ম্নানম্বা কনাওম্‌বন চম্‌-নৈ পুহুম, লাইদ খয়োম্‌ কংপগুম কংতুন লায়্‌জবগদব পুমমহ থিংলব, থেল্ অহুগ কত্তুন মংকং লানুন পীমবদি কনানো ?

---

নোংচুপ্‌ মাম্‌কৈদ নৈব হাওকৈ থুনদি পিতি'কোয় লাম্‌বীন পোকপ নিংথৌ শাপাইবন হায়ি। লম কোয়্‌ন চংতুন উ থাবা মহাককি লমদগি অম্নাম লমদ উ লিংব, উকোল্ অহুগি নিংখিব মমায়, মশা পূ:মহ য়েংলবহু কজব উকোল্ অহুন মাইকমি", লম্লক থোই ম্নোক্‌প, অমোম্ন থোইজু মানুব নৈ অকোম্নব লমদ পানুব নৈ চয়োংবু লওকম য়োব লমীদ নৈব লমবু নৈ শক্লব. নুঙ্‌-কাব পোংনাউথীবু য়োনব শনদোকন নৈগীব অকোম্নব লও অত্তেকপ অনৌব ( ওাত্তেক ওানৌ ) কানব শোম্নকম, হ'ওকাপ শাদ কৈ তানুব চংনব লমী কৈকামুং নুঙশূকপবু কানব মকব ,তাইহদব মকমনি অথোইব মত্তোক-কি লমনি হাম্নন চঙবদব তোককম কোব লব কাওব বামেনুব,উপাল্ ব-

অয়ুক্ নৈচোল্ হাওবপা, পুক্রাই চামেল্ নেঙপা, মেল্লৈ চা-হাঙ্পা ময়েকাই পুঙ্লেন্ য়াইকয়্ লৈমা, চইয়াইখনুপী লৈকাই-মপাল শাংতা য়াংকোইপা অয়ুক্ নৈচোল্ হাওরাপা নঙ্পু লাউ-ও, হয়্রাঙ্ খুম্তা শূ. তাউচিঙ্ নাক্তা য়েপ্ খোইপু পোংয়োন্ শাং চবকু পোংতম্ শেম্লা অম্পা য়াংঙম্লোল্ পান্থইপী চুপী ওঙ্য়েক চম্পু মপল চুপী অঙন্পা মচু লাইয়েন্ অয়েক্পাম পাচা খৌথিংমাতাপী, শেন্কু নানম্মাতাপীপু লৈয়ে, হায়্রে. অয়ম্ নঙ্গ পাচা খৌথিংনু, শেন্কু নানম্লুও। অম্পা চেকতাই মীয়ুংওমপু লোল্য়ুম্ খৌথিংমানাসে.লাল্য়ুম্ বাঙেম্থানাসে হায়রুও। অম্পা য়াংঙম্লোন্কি অমকপু য়াংকং খুনঙম্ খোংপু খোংলেন্পাম্লৈ শেন্না নোংহায়তাম্কে।  ঔমিঙ কাংথোল্ অয়েংখা ঔমাঙ্ কাংথোল্ ৭ খা, ঙানোয়্ খোংমা তৈ.ঙা অল্ খোংস্ন খোংমা শেন্না ঙাইখয়্ ঙাম্কে। য়াংলৌ লমতাং শাংতা চয়ৈ কিঙৌ থল চাম্লও পাল্ থাব শীতিংকোয় লাবরী চান হায়খি, হে অয়ম (ঔয়োম ঔনাই) নৈচোল্ হাওয়বা কৌব-ও, পুক্রাই চামেল্ নেঙব, মেলৈ চাহোঙবগি লৈ-কাইদ লৈবী য়াইকয়্ লৈমা চইয়াইখনবী লৈকাইগী লমথাং কোনুন শাং গোম্জিব নৈচোল্ হাওয়বা নঙবু লাউও, কজব হয়্শক্ থল্, নিঙথিব হয় ন মযায়্ক থম্ন অথেলপোং শেমত্নু নুপী কায়্বগি হওনব হয়্লৈ পুক্না অঙাঙবন লৈতেংব মঙণ লৈব নীপাগি মচানুপী অমপা পান্থোইবী কৌবী অচৌবা মপান, মঙণ লৈব মবুং মপান মনিঙ্ তৌনথম্লিবী কনানম্ হায়ব চংচ তৌহুনা হায়্না-শি ঙনব লৈত্রিবী অমা লৈ হায়্ অয়ম নঙ্গ চংতুন হওনব মংকং থেল্ পীতুন ঐগি বংক হায়্জদুম থিংনু। মবা কায়ন মীগি মপুক্ ওলহনব ওমবী অম্পা অত্ত ঐখোয়দ লৈয়গ ঔমুং মহংগি অচাংতুব বায়ক বাতেমমিননসি, অতুগ কৈয়োয়্.লৈকাইগি অবা অনা ঙাকথিম্স হায়-রুচংনু। পানথোইবীন লাকপদ লায়নব মাবু লান্বদ য়াংকম থুনবু ঙমখিব খোং বহু. শামইবনচিংব শেমত্নু ঙাইরমগে। যাগি দমক মনিঙ কাদ কাং-থোল মমাঙ কাদ কাংথোল থায়গ ঙানোয়্ খোকপ খোং অমা ঙাতেজ মোকপ খোং অমা তোপ্প শেম্নগ ঙাইরমগে। মান লাকদব লবী লমথাং

লম্কারোই, লোইমোম্ থৌ ববোক্ তড়া মায়পান্দ্রীপু কামনা হল্ শিঙ্চেপ্ মৈরা হাইচাউ থান্না থাঙ্লেল্ য়াউরোঙ্ কাম্না লম্ ওকথাম্কে হায়রুও হায়্না খোশিখিয়ে, হায়্তাপায়া ? নিংথৌ শোপাইপাকি কোলোয়্ মত্তিনুমেন্কিপু মতাইরেম্ লৈচোল্ হাওরা-পানা তম্পা সনা মথোঙ্থাপু ইনতায়কলে। য়োয়পু তম্পা বাংঙম-লোন্ থাপী লেংনাউ মোমপীতি তেক্কা তেকপা মথক্তা তেককা ঈশিং ঈহুপী নোকা নোপা মথক্তা থোঙ্ চেঙচা নুঙ্ননুপী নুঙ্লাং লৈকা থারুপী, খ্রোতু নুঙ্মায়্ হেনুপী লাইচা মহীথেনতা তমপা মতোম শাঙেং তামপাতা লমওক্কয়ে।) তয়ম লৈচোল হাওরাপানা হয়রাও নাকতা য়েপ, তাউচিঙ খুঙ শূ হীকোক লীকশিরৈ কাইনৌ তেকতেক পুঙকুয়ৈ, লৈরাং হিওল রায়রওরিক পুঙ্গুং শাচয় লৈওল লৈপু লৈরাং পাশামরে হায়না কোলোয় য়াথং অথুমপনা লাংপল চিঙশাং খোইরেল হীকুম পাউনৌচারকয়ে হায়না তমপা লাইকয়া অতেংপীপু কৈরা তানতা থোং, শমলাং তোনকা নাননা পাওথেমপাপু

অসি কিঙোন থাথল্ খয়গ লাগ লোয়নন কোন পোকপ কবোক অঙোবন লমশাং শিন খুংন চাইবগ, মৈরা চাউম থানুহন থাঙ্টা থোগল্ য়াওন লথোয ওকলমগে হায়ক হায়না থাত্রে। নিংথৌ শাপাইবগি য়াথং পুহন মনাই লৈচোল হাওরবন তম্পা পান্থোইবী মথোঙ্গ চৎত্রে। মাইবীগি মহৎশিনবী তম্পা পানথোইবীদি মশাঙনাবগি মথক তোইন ঈশিংদ ঈরুবী, তনৌ তনৌব মশাদ চেঙ্ চাব নুঙন নুয়া ননুবী নুঙদ শাৎপ লৈগ নিঙখিং মিন্নবী, নুঙপাক্ মথক কবদ লেমমবীন মহাক্ হিদেন্ মতা কবদ তম্পায় মতোমত ঈরুধয়মব অহ থেংবরুয়ে। শাপাইবগি মনাই লৈচোল্ হাওরবান হয়্নচিংব হাযজবগি খুদোনপোং পুয়মক পুয়প লীক্ ওইন শিনব হৌ-য়াই পোক্প লৈ নোন পোকপ কাঙ্বুগি মিহুল্ পীব লৈ, শিযব মীগি লাংওয় ওইব লৈ, ঈমাগ পীপুকহৎম তাইবঙ্ পালদ থোরুকপাগি হি ওইনযকপ নাউং য়োম ওইবী লৈরাংগ মানুনবা হাযহুন লাংবল্ থাগি খোইকেল খোইহাওয় অথুয়ব অনোনব বাহয়্ন তম্পা পান্থোইগীবু মঙম্পাক পবথগ মশম বাক-হন মুংহোন হাম্নবকপ বা অহ তাম্মরে। মাত্র তাবদ নুপী লকগি অথোইবী

মতাংদা থবোই লাইনিং অয়াপানা মিংয়েং তেম্পাল্ হোংকপী য়োয়্‌পু লোইশু থুমলৈমা য়াংঙম্ হুংশি কোয়োয়্ মতিল্‌মেল্‌পু য়ারেঙয়াপাতা লেয়োয় লও থায়োংকি তম্পা থিংলও মিঙ্‌না তেম্মা হন্‌য়ায়য়কলাপাতা তমপা য়াংঙমলোন্‌না অয়া হয়া চোয়পাকি পামেল্ উনা থংনা তিল্‌লাং হাইশিংনানা হল্‌লাল্‌লম্‌য়ে। য়াংঙম-লোল্ মপল তাংশকতাপী তিল্‌লাং হাইশিংকম্‌নে। তম্পা কোয়ও নোংমাপীনা অঙানপানা খোঙলেল থম্‌লাপাতা ঙাংকোয়ুপী পুয়্‌তিং য়াকৃতি তম্পা থাপী খেয়াং থাং য়াংঙম্ অমাই ময়াঙ্ হওনা মাইকা থানকম্ মাঙ্. লৈচোল্ মীয়েকাইকি নমু লোংনাউতোন্ নাউয়া অথূপা শুমায়্ কাঙ্‌থোম্ লোয়্ লৈপুঙ্ য়াকাপাপু নমু চঙ্‌না য়ায়্, মীকোক্ মীয়থেক. মীকোক্ মীয় কক্‌না নাউয়া মী থুদোনপু তোঙ-গোল্ মাইয়ও হুংতা চঙ্‌না য়ায়্‌না হাপ্‌খিয়ে। অদু নোংকিপু লৈচোল্ মীয়েকাইতি কতোনোংকি কোপানো? থাপী পুয়াতিংয়াক ল'ন্‌তায়াই মচা নোংছম শাপু শাচেল্ শম্, খোঙ্‌কাপাক্ লাল্‌তা য়াই, চক্‌পা পুমশাইখোং, য়াংদু লৈমা চৌন্‌হাইখোংও খোন্‌নয়ে। তম্পা য়াংঙম্‌লোন্ খোঙ্‌কাপাক্ লাল্ চলয়াইপু শাইওন্‌পীতি

পুক্লিঙগি হোংব য়াদব অয়েপ্প বা হায়নবগ থুম লৈমগি মশক ওইবী লাইরেম্ব পানথোইবীন নোংময়'ই'জিঙগি থগোং লোকগি হুংশিব বাবে খ্রবগ ময়ুমদ হক-পদ পানথোইবীন বাবন মশা চোকথমলবগ উনা থংলগ মতিদ্ শিংছুন হনদোক্লমই। মশা মমাবু কিদবী পানথোইবীন মতিদ্ শিংলমব মকমদি হায়ছুন ফিনাশিং কোই। নোংমগি মতম কাইছুনা লাকলবা পানথোইবীন, ছুমিং তায়কলবদ, মাইবা শাবা তমপান হয়াওনা মথে লাংম লৈকাই অঙাং মচাশিংন কাঙ হওবদ শুমাঙদা চেন্দুনা শানব অঙাং অঙগ লৈপুঙ যাকাছন লৈব মীবু চঙন কাযগ। মকে'ক মক থেক্‌ন কল্লগ, অঙাংগি মথুং থুদোন থংছুনা অহিংব অঙাং কায়গ তুংগোল মহুংদ হাপচিল্লে। লৈচোল্ মীয়েকাই কৌথিবগি ময়ম কায়নো? থাবী পুয়তিংবাক ওইন পানথোইবীন লাতাকম, মচা লোঙব শান চেয়কম খোঙকাপাকন লাতাকম চক্‌প পুমশাইথোং বাংদু লৈমন বা হায়নকম খোং হায়ন থোনখি। পানথোইবীন খোঙকাপাকপু লাল

চুমিতাং থাপা মমাল্ য়াম্‌দা য়ুম্‌চঙ্‌খিপাপু মচুন্তেক্‌তা থাপা হুয়্‌-
তোন্‌কোক্‌পম্ নিংতোম্‌পীনা পাওহংতাম্‌লে। তম্‌পা ঈচুয়্‌ল্লোন্
মৈতেংঙ্ চহু রাংকোল্ লাইরারা অতোংপী-ও, রাংওম্ নঙ্‌না তাতা-
রুপতি তোন্‌থারা তোনাথৈমুপু কায়কপরা, তাক্তেল্ তেল্‌মৈরোঙ্‌পু
হায়রক্‌পরা হায়না তোংকোল্ রাইরও মথুম হাংনা মিরেং শান্-
থৈরুপাপু লেম্‌লৈ তাত্তি লৈতামতে। নাওরা মীকোক্ মীক্‌তোন্‌পু
লৈতাম্‌লপাকি থাপা হোইতোন্ কোক্‌পম নিতোন্‌পী মোহু তেক্-
তানা থরায়্ মিরেল্ পাই থীক্‌লেল্ থাগা কুনা শোংকির্থিয়ে। থাপা
পুরা হৈ, য়াংপা পাক্‌না তাইনা শোংকাওনাথিয়ে। মথংলেপ তরম্
খোইচু চাসুঙ্ তম্‌পা রাওমলোন্‌পু চয়্‌রৈ য়াহু তৈনা লুম্‌লাং
থেংকোই নীক্‌থিয়ে। থাপা মমায়্ ওন্, য়াংপা মনম্ মুক্‌পাকিপু
তম্‌পা রাংওম্‌লোম্‌না পাওহংথরে। তম্‌পা ঐপু তড়া চানমথিহুম্
রাংলৈ কোন্‌তো খোংকুম্ থংলেল্ তরম্ খোইহুচা নঙ্‌নচুঙ্ লুম্‌লাং
থেংকোই নীক্‌লে। তম্‌পা ঐপু চয়্‌রৈ য়াহু তৈনা শোংকাওপা
অসীপু কতোপনো? রাংওম ঐকিতমক্‌পু কায়কি কাওরেল্ অতিং-
তাপু করিকি শনতিংপ্রানো, তাইয়ম্ অরেম্পাপু কতোপা নাইতিং-

---

ফাব মথক ওইছন চুমিৎ তারবদ মমেদ চঙথিবদ থাব হোইদোন্‌কোকপম
নিংতোল মচুতেকতান হংলমই, মৈতিংঙ্ চহু ঊযৌ ঊবেল্ম বাংগোল লাইরমা
অথোইবী তমপা-ও, নঙন তা ফাব চৎনুবদি থমাক মৈমুবীবু কায়কপমা,
তাক্তেল্ মৈয়োংববু কায়কপমা হায়ন ফুংগোল মথুম হাংছন মেংলুবদ তাদি
লৈরমল্লে। অতাংপি মকোক মক তাক লৈমমলবদ হোইদোন কোকপম
নিংতোল থোমহ তেক্তান মথবায় মমি পাইন কিহন মথবাক মৈথ্রে। থাব
শাটেপ প্লুমকন হংগোইনথ্রে। মপুযোমব তমম্ খোইচুচাহ পানথোইবীবু
কম্মুং তোতানন হৌপহন্ছন মপ্পুয়াযব মত্তবতম তোথ্রে। থাব থমাই প্লু-
মকন থেঙিইদন মীয়াইন. তোব অহুদ তমপা পানথোইবীদ বা হংখি,—
হংলেল্ তরম খোইহুচা নহাকন পানথোইবী ঐবু মনম নমাথিমব অপুবম চাক-
হুব অহুম কোন্‌তৌদ থোংব হুতম নহাককি নুমীদি হাযব থজে। ঐহাকপু
কম্মুং তোম হিতব কিরিব কবিদীনো? তমপা ঐদি মমকপু কচিবি

ঊঙম্ ইন্‌খিপাপু থীক্‌লেল্ থাকাম্ভু অচেল্ লোক্‌নৈ হওনা ইম্ভা-ম্রক্‌পত্তা শম্বেং শম্‌শাম্‌পী চানা লাইচা ঈমোনম্ভ্‌ত্তা লেম্‌নৈ ঙামোং চাউনা শম্বেং নৈক্ভূ ঙাম্‌পাপু মপারি ম্ভংপাল্ ম্রাংহন্‌পাপু খচিক্রপাকি লাইচা ঊত্তা কুম্‌না পারি ম্ভংপাল্ ম্রাংহন্‌পা-ও, লাউ-ও হাম্রনা পাও কৌপাপু লেমনৈ ঙাপু ওইঙাম্‌লে। লেম্‌নৈ ঙানা পাম্‌পী খিং খিং কাঙহৈম্ভনা মোন্‌ছু হেক্‌ঙাই মপাউ চাউনা শোম্ মোইখিয়ে, লেম্‌নৈ শিখীপা শম্বেং লাংথৈপা থাও লম্‌পা লাইম্রোংপা ঙা করম্-পানো হাম্রনা চৈরম্‌য়ে। অছু নোংকিপু লেম্‌নৈ কোংপা ঙাচৈথেল্ ও ত্তৌনা কৌয়ে। কোংপা ঙাচৈথেল্ লিত্ত, লওথোংপাং ঊমভু-ম্রাউ ছূম্রম্ শম্‌পুম্ ঙারম্‌লাল্ ত্তোংনিঙ্ নৈশং লমচান্ ঈমিম্রম্, পোয়োন্ ত্তাশূপা কৈকেং চুঙ্ শেন্‌পা ছয়েল্ ত্তাইকঙপা হাওমূক কম্‌কাম্রওপূ নাতৈমানা ত্তম্‌পা ম্রাংঙম্‌লোন পান্‌থোইপীমা ঙাছুয়োন্ শিন্‌ত্তা অম্রাঙ্ কাপী মঈন্ থাঙ্‌পু ঈমকুম্ মাম্‌ম্রংশোন্ হংগেল্ ত্তাইকঙ্ লাক্, পৌম্র লুম্রাক্ চন্‌না লেমনৈ ঙাপূ চোপ থেম্‌না লাইজ ঊম্ পূক্ কাঙ্ ত্তিল্‌লাং হাইশিংনামা লেমনৈ ঙাত্তাপাত্তা অক্তৌপা মশাপিপূ ঙাইথম্‌লিনৈঙত্তা কোম্রও মচী থোম শেন্ ঊ, ম্রাংপল থিঙ-

---

ত্তছুন ম্রাঙন চেনদূন ত্তান্‌মকপদ শম্বেং অমন ঊপোম চাউন ঊশিং ঈম্রোন-ম্ভংদ মনৈন ম্ভুনে মোংমগি মথোল বু মচানীপা লুবাং ম্রাংহনম ওইম্রবোই শিঙলুছন ঊশিং কুমথম্রগ ঊমাগি ঈবুংঙো লুবাং ম্রাংহনং-ও লাউ হাম্রন কৌম্রবমু ঙা ওইম্রমলে। ঙান পাম্‌বী খিং খিং কাঙহৈম্ভন ম্ভপী থোঞ্জেল্ম অথা-থোঞ্জেল চাউন শোনথি, শিখিমব কম্রমব ঙানো লাংদ থগদব, থাঙম ম্রানছন শিগদব কম্রমব অথকূপ শম্বেংনো হাম্রন চৈরমই। অঙমপি ক্রোংব ঙা চৈথেল্ কৌই। কোংব ঙা চৈথেল্, লিদূ লঙথোংপাং (লাইম্রেন্‌পাং) ঊমূছ ম্রাউছুম্রম্ শমবুম ঙারম লালদ (লাইকোল্) ঙান লাব মত্তমদ লুম্রিঙ শংলগ ঊম্রম কাংপ লম, পোয়োন ত্তাশূব, কৈকমদ চুঙ পামবা লালপি লাম্রন থঙব হাওমূক কম্‌কামও শমছন পান্‌থোইমীন থাইলেম্ চমু শিন্‌ত্তা অম্রাঙকাথীগি ঊনবু ঊন্‌চিংপে হাম্রবগি হংগেল পাজলগ পৌম্রা পান্‌ছন ঊল্ থাম্রগ ঙানি কৌব ঊমপুক ত্তাউম্রিনৈদ ত্তিল্ শিম্রন ঊন্ চিংছন মশাবি অক্তৌবমু

লওনীক্ নোংথী চিঙ লুম্‌হও, ফিমু নৈরাম্ গী, লোইজিঙ্ হীকোক্ পৌতোংয়াল্ লংমাই কুমপা চেন্না হৈরে। কোয়ও চিঙ্ রাংলক্‌কি তম্‌থরক, য়াঙ্‌পল্ নোংয়াংঈনা চাইনা কেল্, কোয়ও খীকনা চু, য়াঙ্‌পল্ চাইনা কেল্লপাকিপু তম্‌পা য়াংওমলোন্ কোংপা ভাতাপীকি য়োয়্‌পু চয়্‌রৈ মইনুকি, মাললও মকানকপু কোয়ও চিঙ্‌রাং ঈনা চোৎলে। তম্‌পা লাইরেম্মন য়াংওম চয়্‌রৈ মইনুকি, মাললও মকান-পপু কাংতাব্রিবৈপু মথাপি অঙোপা পুরৈরোম্‌পা লংমাই নিংথৌ কাইনও চিঙ্‌শোমপাপু লাকলকলে। থাপি শেনুগোইরেঙ অপান্‌পতি তাউ-তনুপা খোক্‌নৈনেম্ চুমিং চিঙ পক্লপাতা য়াওরও শা তোক্‌পা, তোকমু মৈশাংপানা হানুনা তম্‌থারকয়ে। কোয়্‌রমলায়ে। য়ারও শা নিংথৌ চীয়েল তোম্‌পোকপাসুঙ্ কোনুনা ঈহ্‌নারকয়ে, কোয়্‌রম--লয়ে। অঙোপা লংমাই নিংথৌ নোংপোক মাললং হুম্ ওইপানা তাংখুল্ মচীপাপু শানা চয়্‌রৈ শেনুখননা মাল্লও মুংচিংনানা কোয়না ঈহ্নাবকপাপু তম্‌পা য়াংওমলোননা চয়্‌রৈ মইনক্‌পিপু কোয়ও নোংশোমৈত্তা লাংচান্নিপানৌশিতা আঙোপা মথাপিপু তাঙ্‌চা ঈকাইখি,

ভাইবিভেদ অভিযান পাইব নোংম নোংখোঙ ক্‌য়ন হওহন নৈপাক নীকন খোংলক্‌ন ফিমুন কুমগুম মায়কৈ অপুন মমখ্রে। নোংচুপ মায়কৈন চীপোক মচু মাললথ নোমাইজিওদ মোং চুয়ে। উতি চুমবগুম চুমকপ নোংন কোংবদ ঈস্ চিংহুনা ভাতাব্রিবী তমপা পানথোইবীগি মনমগদ ইনব ইয়কি, থাখুম্‌কিনচিংন পূমক চোৎলে। তম্‌পা লাইরেম্মপি ইয়কি অমহুং থাখুম্‌কিন কংত্রিবৈল মথাবি নোমপোক্ নিংথৌ কাইনও চিঙ্‌শোমব লাকলে। অয়াংব শেনগুম লংলব থাপি মপু চুমিংন মখোঙ নেমথবক্‌ন চিঙয়া পক্‌-লক্‌লবদ অমুব তোকপনৈখাংবন হানল লাকহুন কোয়মবয়ে। মথক্‌ থাপি নিংথৌ মচী নামত পানবগ্র কুমলক্লগ কোবয়বে। হুংশিৎত মমুম ওইব মমায় লংথ অঙোব নোংপোক নিংথৌন মচীতাংখুল নীপা শাহুন মফি শেন্‌-লম্ কৈরেংলন শেৎলগ ইয়কি মুংন ইমুন কোনল লাকপবু তমপা বাংওম-লোনম হুংশা মৈপাদ মফি কৌম্বিওদ খেংনবে। মথাবি অঙোব উবদ থায়্‌ ভাওব ঈকাইখি, মবাব হলংপ ওবখিবে। হে ঈবুংঙো অঙোব

তম্পা রাংঙম্লোন্নি হুমিত্তাং থামগী মৈয়া মৈমূংত্তা, অহিং মিৎয়েং নাউত্তমত্তা, খোমলেল্ হুমকন্দতাম। তয়েঙ্ হুঙ্খোল্ লয়, থাপলও মরিল শিং, মোংপা তাচিল হান্না। তমপা মত্তোম মোংখোইপাকিপু মমান্ নিংথৌ থাপা শোকচোংপাম। পাওমেল্লকয়ে। তমপা ঈহুর‌ং রোল্ চুপী চিঙ্লাইরৈম। আসপু থাপা ঈয়াল্লায় অসিতা য়াংগোই পাপু লোইতাম থাশিতা লাতহৈ কুমওনত্তারিতৈনা। তমপা পূরিঙ্ লোয়া লাঙ্, হায়ু মঙ্গং শং, রাংঙম খোয়পূঙ্ ময়োচাউম। লোল্যুম রানম্পিতে। লাল্যুম থৌথিংপতে। চাপোক্ কাতং শিননাউত্তা, খোঙকাং লেংনা রাহমপিতে। কোরও নোংহামত্তা থাপি নোংলেপ-ত্তানা ময়াল থৌচং য়াময়ে, রাংঙম থুনপোই হকয়ে। থাপা ঈয়াল্ য়ায়্ আসত্তা য়াংগোইয়োই হায়না খোয়াঙপাপু মালয়ে। তমকা মতিকনা, রাংঙম্ মপানাপা কনাপু হয়্রাঙ লোন্চংনা তাউচিঙলোল্ হায়নাপাপু লৈরিতৈনে হায়না শোন্মোইথয়ে হায়তাপায়া ?

---

নোংখোয়ব হুমদন তয়েঙ্ মাঙ্দ থাহ্নন হুঙ্ হুঙ্ লাউন লয়দুন লংলা মরিল চিংলগ লংদুম তানব হানহুন অহিংলেষ উরবদা মহু নিংথৌ থাব খোক চোঙবন হায়্খি। ঈমৌ ঈবেম চিঙ্লাইনৈম তম্পা অসীবু থাবা ঐখোয়্গি বুন্ অসিদ নৈব আস থা কাম্রিতে, চহী ওনম্রিতৈ অসিদ মখৌ তৌন লোয় খোয়াঙদুন মথা। নাশময়গ ঈমুং মহুংগি কত্তব রানচিংব নমহুন থমবসু তৌবিদে। ঈমুং মহুংগি থবক তৌহুন অবাং অপা মেন্‌বসু তৌবিদে। চাবোক্ নাউশোঙ্বদমু হংবিদে, অহুপ কাঁয়ওবদ মখোঙ শেংন বা তাঙব তৌদে। নোংমত মেথন তত্তন কোয়ন চত্ত্ন নৈ, তম্পা অদি নৈকাই কোয়্ব তোংমল্লি। থাব ঐখোয়গি মুমদ নৈমোইদবগি খোয়াঙ তৌব মাললি। তমপা মাপ মতিক মপা চাব কনাতব অম নৈহুন হয়মাঙ নৈয়াং চাদিয়ব নৈয়বয়া হায়ন শোনথাংনন হায়খি।

---

# কৌকং লাংপা

হয়েং কৌবা চিঙ্জুং নোংকা মোয়্রাপাতা তমপা য়াংজনলোননা পাওমেল্লকয়ে। ঈমান্ নিংথৌ খাপা শোক্চেংপা-ও, হে ইচুক্তেকতা অ'ও নওসু নাত্তা-ও। কোয়ও ওসি চুমিংনত্তি ঈমান্ নিংথৌ খাপা নওকি চংপী লাকোল্ কোইরকে। কয়্রেল্ নখুৎকাপু নয়োই হাওপা চহু মকয়্রিংতাপু উনম্ লম্‌হুংশিতা কয়্রা খোং থোক্কে। খাওয়ি হল্‌রাই পুনা লোইমোম্ কৌকংলাংলুগে হায়্না য়াহম্পাপু মমান্ নিংথৌ খাপা শোক্চেংপান পাওখুম্‌খিয়ে। তমপা ঈহুংয়োন্-ও, চংপী নওনা পান্‌কোইপা লোইমোম্ হল্‌রাই পুপাপু নয়াল্ য়াওনা হল্‌রাইরক্-ও হায়্খাপাত. তমপা হৈনা থৌখিংবাওপীনা চয়্রে লেংতোল্ য়াল্, মাল্লও কোক্তা থোংনা মরাল থৌচংথোকলকলে। খাপা চংপী মকয়্রেন্তাকিপু তমপা খাপী লেংনাউ মোম্পীনা চেও-পোং লুয়োয় শেয়া পাকোন্ লুথোংচনুনা খাওয়ি হল্‌রাই পুনা লোইমোম্ কৌকংলাংনা ওস্তেরকপতা শেয়োয়্ লংমাই নিংথৌ কাইনও

---

মচুং নোংঙায়বদ তমপা বাঙমলোন্ন হয়খি। ঈকাইনকয ওইব ঈহু নিংথৌ খাব শোক্চেংবং-ও, হে ইচুক্তেকতা-ও নংনু তাখিয়্। ওসিদি ঐহাক্ ঈকুনিংথৌগী চংবা লাকোল্ পেংলুগে। নথোয়্না শাব কয় ননাই হাওব চহুন লিংব কয়্রম্ মুংশিব লম উনম্‌দ থবক শরুগে। অদুগ হয়কপব কৌ অকংব পুয়বকে হায়বদ মকু নিংথৌ খাব শোক্চেংবন থুংখিয়ে। হে ঈমৌ ঈবেম্ম তমপা ও, নহাকন চংবা লাথোও পেংব অহুম হয়কপদ কৌ অকংব পুয়বকে হায়ব অদু মুযদ থুন হয়কউ হায়রবদ মান তোবদ; খামব মাদবা তমপান মরেংবান্দ মকি মানহুন ইমকি কোক য়েংছুন মঘুমদগী চংথোকলকলে। খাবগি চংবা লাকোন্দগি পানথোইবাব চেওপোং কোকথোং শেমহুন অকংব কৌ লুথোংদ হাওনা পুযবকপ অদু নোংপোক নিংথৌন মহাকবি চিঙ নোংমাইচিঙ অমদদ শেখ লোক, লংমাই হোদানব কোবন অমুক অঙনবদ শিংথায়গ পাম অপুব শিন্-পুংন মনান থন্ন কথশিন্নু মু যিদাংদ শিংথৈল (মক) লওগে হোৎনবু লওব তমদব, শিং মপান কহুকে হায়বদু কু কপ তমদব লাইন থোনব অবাংব চিঙবগী মশানৌ পানথোইবীন

চিঙ্‌শোম্‌বন)"শেয়োয়. মচিঙ্‌লেল্ লংমাই সনা হয়্‌ য়াইচিঙ্‌, শেয়োয়্‌ অমম্ নৈশায়োক্‌, লংমাই হোত্তামপানা ওয়ুক্ চামাই লাংমা শিংখাপাপু হাওমল্ খোইপাক্ শা, ঙাইয়োং নাকানীবৃ° কিপু হুমিতাং শিংনৈ লওকে লওঙম্‌তে, হাওমল্ মপাল্ থেব্‌কে থেক্‌-ওম্‌তাপা চিঙ্‌তা লংমাই হোত্তাদ্‌পানা শিংখ চিঙ্‌, খোইমোম্ লাই-পুঙথোল্ অয়াংপা চিঙতাকি মঙল্ ওয়ং য়াংপা চিঙ্‌তাকিপু নোং-পোক্ নিংথৌ মালং হম্ ওইপানা তম্‌পা মশানৌ তুপী ঙাওঙ্‌য়েক্ চমুনা থাঙ্‌মি হলমাইপু লোহমোম্ লুয়োয়্‌ থোংনা হল্‌মাঈরক্‌পাপু মিংয়েং লানুথৈরাপাতা মালং অয়াঙ্‌পাপু খোঙ্‌ ওহনা খম্‌কোল্ নোংনৈ তোংনা য়েন্‌পোৎ মৈথুপা উয়াল কি হাইপারম্ য়াইথু লাশনা য়াইনা লঙ্‌শাপারম্‌পু ইত্তাল্‌লক্‌য়ে। য়াংলও লমতুপ্‌মাত্তা তম্‌পা য়াঙম-লোন্‌পু শয়ু থুৎচেং লাক্‌না পাওমেন্‌খিয়ে। তমপা ঈশানৌ ও থাঙমি কত্তায়্‌রমকি হলরাই পুরক্‌পনো। লোহমোম্ কাঠকি কওকং লাংলুপনো হায়না য়া ওইপাপু তমপা মৈতেঙও, চমুনা অঙোপা ঈশাপিও, খাপানা উকনে, খাঁপা মরো চাউপানে। য়াংপা মরো হক্লপানে। তমপা ঐনা পানম্ চংখোক্‌মক্লপাকি শাপল লম্‌শং তোংপা কোংনৈ লম্‌খৈ য়াম্নপাকিপু য়াইনৈ চংনাতানা পানম্ হেক্‌মাই কামচপাকি তমক্‌পু ময়ুম খাপা পুম্না হুপ্ন। য়াংপা পাক্না তাইনত্তি নাপা চৌক্‌-হায়্‌নানা থুম্না লোল্ হায়্‌ন। তমপা ঈরৌ য়েংশিয়ে। য়াংঙম্ ঐকি

---

কৌ পুহন হমকপ উহুন গুংশিৎ অয়াঙবদ খেঙ ওইনম নোংনৈঙম য়াঙন লোকতুম য়েনপোৎ মৈ থুব উয়াল কি হাইব চিঙলোমদ য়াইনান পুনব য়াই-নান য়ম কৃপ মায়কৈয়োমদ তাননরকলে। লয়ী লমতুপ অমা চৎলগ পান-খোইবীবু মথুৎ থুজেং পায়হুন বা হায়খিয়ে। হে ঈবেম্ম পানখোইবী মকম কমাইর্দাগ কৌ পুহনা লাক্‌লিবনো? অহঙ্গা কায়গীদমক কৌ অকংব অলি লওকলিবনো হায়ন শাউরবদ ঠৈহে চন্ন পানখোইবীন হায়খি। হে খাবি ইবুঙো, খাবম উথনি। খাব পুম্নমক মরৌ চাউরবনি। খাইনৈ অইগু পুকচেল পুয়বনি। তমপা ঐন লমন চৎখোকমনব, অহুপ পুন্নবত লৈকাইদ কায়মজবশি অমদি হেদোম হেয়াঙ কামজব অলিদ খাব খাইনৈ শজাই পুয়মকন

খোইরেল্ হীকুমপানা মুংশি চিন্‌তিন্‌বানা পাওযেন্নায়াপাত্ত ওমপা হেক্‌চায়্ মীচুংওন, মাংওম্ 'ক'বৈ অত মৃগী ত খাপা। মরাল্‌খায়্-তাপু ইত্তাল্‌লক্‌লাপাত্তা মমান্ নিংথৌ খাপা শোক্‌চেন্নপা। কংলৈ লৈপাক্‌মাপানা পাওমেন্‌লক্‌য়ে।) হে খোম্‌ছ তান্নোয়্ ঈরুমপীও, খাপা। ছইতোন্‌কোকপম্ নিংতোন্‌গী মছু তেকত-আ-ও ওমপা ঈছুয়রোল্ অসীপু মালং নোংশিংলাং পানম্ চংথোক্ লামুয়ে, ওান্‌পা লৈতোত্ লেপ্‌য়ে। হিতেল্ চংলৈ থুতিং খাতেংয়ে। য়োয়পু পুক্রিং মত্তানা রাংওম লৈয়োং মুমচত্‌না শিংলেল্ মতীক্‌না-পাত্তা লৈরাং হেক্‌মায়কাপাপু লৈরিতেনে।) কোরও অসি ভুনিংমতি ওমপা ঈছুয়য়োন্‌না মুমা চেত্‌পোং লুরোয়্ থুংতারিথৈ অসিতা নাথংলেল্ ঐতী খোয়্‌পুত্ ঈরৌ চাউনা তিঙ্‌রিকুম নাউকা ওয়কে, থায়াকুম্ মীপুক্ হুরকে মরাং কিনা লাউশাকে। হায়ু ঈদুংশং মুংনাংঈনায়েক্কা ঈঙা লৈশিনম্, খোঙলেল্ লৈশিচাক্‌পু শমুনাতায়েপ কোজোয় মিংশাওল্ চেংলও মিংলী তংশনকে। পায়্‌মা নিংশা শংহোন্‌না য়াইগী ওহন্‌তা, শর থংখোত্ য়াত্‌লী তংন' লিশানা-য়াকে। থাঙ্গা লপ্‌য'ন্‌কাত্তা চয়্‌রৈ মায়থল্ তৈনা শেম্ন, শিত্‌খোত

---

অঙ্গৌবন পাওযেলনবদ মীগি মপুক ওনহনব ওস্বা, চাউবগি ঙমথৈ লৈতবী ওমপা পানথোইবীন থাব ময়্‌মজোমদ হৃক লে। মতম অছুম মকু নিংথৌ থাব শোকচেন্নবন মাগি সুপীদ হায়বি, ঐ ঈবেম্ম মীওইবগি য়াইকব তানবয় লোয়নখিবী ঐগি নুপী থাব ছুইদোমকোকপব নিংতোল মছু কেকত'শও ঐথোয়গি ঈথৌ ঈবেম্ম অসী সুংশিং লাংব, লৈকাই কোয়ব', মীগী ময়ুমদ কব হেনমজে। হিদেন তাকম থুদিংদ ঈকয়ে। অচন মাগি মপুক তাব হায়ন শিংনব, মাগী মতীক মপা চাব নীপা অমা লৈরমবতাবে। ওসি ঈমৌ ঈবেম্ম ওমপান চেতপোং কোক'থাং পুত্তন হলনকপন থু'ত্রিইঙ অসিদ নথংলেন ঐদি তাংতৌশিননদন তিঙ্‌বিন শিশিরমতুম ওাঙ থায়ান অশিব ওইন উহনবগুব শিশিয়মগে। ঈশক ওল, ঈচু তাইব লৈথনম নাদ য়েম্রগ অশিব মনম নমব ঈমিং ওনথ:অগে। অহন সুংশা থিংছব শোয় মতং হোন্‌গ মুংশাশোয় তংগব অশিব মী শাহুমা লৈয়:গ। লৃপলেল কাদ মায়থল অমা তোম শেব

তুরাই তুম্পানা তেংনৌ য়োংলী খিঙ্‌না ইংখোল্‌ কৈরোয়্‌ কাংনা লাইচা ইরাং পুন্নপু তৈনা খিল্‌, কিরাল্‌ চেপ্‌থেংপাপু য়াইল্‌ শোক্‌থানুনা থম্‌নাও য়াহশিয়োল্‌ তোংচেং কুমায়্‌চল্‌, য়াহখোঙ্‌ নানম্‌শক্‌, খুমুং পাউতাক্‌তে য়াহখোঙ্‌শাক্‌ হন্নুনা শুমায়্‌ কংশিঙ্‌, পুয়োয়্‌ লৈকোয়্‌ তম্‌না য়াংকও থানুখোংও। য়াশঙ্‌ য়ুতৈয়াল্‌ পুয়তিং হানা কুপ্‌, খোহয়া মহুম শেম্‌, কোয়ও শেনুথীয়াল্‌ বাঙ্‌পল্‌ থীয়াল্‌ কাইনও পেতায়ক শাইথায়াল্‌ লৈকাই পাকঙ্‌খৌ অয়েম্‌পানা শাপা থানুতা শুমায়্‌ বাহতেও। য়াংলেল, পুঙ্‌-হোও। খাপা শিশানাপা, য়াংপা ময়ৌ চাউনা হায়্‌না চয়্‌রে য়াকু তৈনা খিঙলৌ চাউপা য়াহীপ্‌না লাইয়েল্‌ শাংপা য়াতানানা শিশানা-খিয়ে। মহুত্তেক্‌তা আনা শুমায়্‌ মখোপোম্‌ খোবোম তাংময়োয়্‌তা শমু মখোঙ্‌বু থীনা হেক্‌মায়্‌ মপাউ চাউমতি মাকপ্‌ তাম্‌য়ে। তমপা বাংওমলোন্‌ পাম্পা কৈয়েল্‌ তোংপীনা চংপী পানুকোইপা থাঙ্‌য়ি হল্‌য়াহয়ক্‌পাপু য়াইথুংলপাতা চেঙ্‌পোং লুখোং পোংপু থায়ম থাকাং-তানা পাওহংখিয়ে। ঈমানুলোন্‌ খাপা হুহতোন্‌ কোক্‌পম নিংতোন্‌ পীও, কংলৈ নঙ্‌কি নওমাঙ্‌ অসিতা খোঙ্‌লেল্‌ নশিঙ্‌ লোন্‌*

লো, মস, নীপা তুয়াইতুমবু য়োং খিঙহনলো। ইংখোনগি শযবল্‌ ইং-তুন লখা শেমলো। মৈকোয় চক্‌ তোপ্প খিললগ কিয়াল চেপ্প থেংলো। -অহুগ অশিবন তোংনব নও য়াওদব কুগিহি চললগ অশি লমবেল পকব ঈশে শক্‌ন অশি-অমনবদ পাউ তোপন তাক্‌ন শুমাঙদ শয়িক খিঙ-ও। অশি-বগি অতোয় ইন (চয়োংন) কুপ্প শঙ, লৈকাইগি খৌ পুব ঈশেল ঈবাইন-চিংব পাথংন শাব থানকমদ বাই তৈয়ো। মক্ষপ মপাং শাগে ঙাইবু চাক্‌লাল ম বাল তৌনব পুং-শেগ মৈহুন ঙাইয়ো। অসি হায়মগ থাবন ময়ৌ তৌন বৈক্‌প মাইথা তোপ্প শেমহুন থাঙলেনকমদ হিগুন লৈয়ে। মমু তেকতান মখোয়গি খৌ তৌনকম ওইব শুমাঙদ মখোঙ খিন্দুন মবা মখোল চাউন তেং-থাহুন কপাখ। তমপা পানথোইবীন লাখোঙ পেংলুবগা খৌ পুহুন লাকপ অহুন থুংলবব মকোকগি চেঙপোং অহু থায়ম থাকাংতন হংখ। ঐন দুন তৌকম ওইবী হে থাব হুইরোনকোকপম নিংতোল ঈবেমবোক ও,

ইংথোল্ কৈয়োম্ কাংনা লাইচা ঈয়াং পুল্লু তৈনা থিল্, ফিরাল্ চেপ,থেংনানা ইহু নঙ্না শমু খোঙ্পু থীর মীকপ্ পাপু কত্তোপানো হায়্না পাওহংপাপু মহু তেকৃতাআনা পিরেম্ চাইচি ঈরাউকা চৈয়োয়্নানা পাওখুম্‌থিয়ে। হে তম্‌পা ঈহইয়োন্ ও, মৈতেংঙ্, চয় নঙ্না থাপা ঈয়াল্ য়ায়্ অসিন্তা লোল্‌য়ুম্ রাহংতা, লাল্‌য়ুম থৌথিংপিতাপা চাপোক্ মথং য়েংনা নাউতা খোংকা শীর রাহম্ পিতে। ঈপারি নথংলেন্ তরম্ খোইহুচাপু নমতা হনুনা কোরও নোংচা থুত্তিংপু তম্‌পা নরাল্ থৌচং রামুয়ে। পানম্ চংখোক্ হকুয়ে। নমাল্ নিংথৌ থংলেল্ থাপা শোক্‌চেম্‌পাত্তি হায়ূ পলেম্ শীশোনুপা নায়ওনানা নাকংপাপু মিংয়েং শানুবৈপিতানা লৈকাই হেয়োম্ চঙুয়েঁ। তানুপা লৈত্তোঙ্লেপ্না নতা থুনুপোই রামুয়ে। অসি কোরও হুমিং অসীত্ত নমাল্ নিংথৌ ঈথংলেল্ থাপা শোক্‌চেম্‌পাপু কোরও নোংকাথিয়ে, চিঙঙ্ পনুতানথিয়ে। কোরও থাঙম্-লোয়,খোন্ রাঙ্পল্ থোথা থোম্‌কিপু তিল্‌পাল খোকুবৈ লেম্, পায়্রা হুংশা-থম্, লাইচা ঈথিল্‌তোকুলে। মচী চরাহপা

---

নথোয়-পি শ্মাও অসিদ মনিওথোঙ লোয়গ হংখোপ শখল কাংতোকতুন ঈশিং শোরুব, ঈশিং বরব পুল অমা তোপ খিলগ কিয়াল পৈন থেংতুনা ইহু তেকতা নওন নথোঙ থীন্দুন কান্নবু কারি তৌরবগে? বা অহ তাবদা মহু তেকওান মমিংত মপি ঈয়া চেন্দুন হায়রকই। ঈযো ঈবেম্ম হে তমপা মৈতে নিংতোন্ নহাকন থাব ঐথোয়দ লৈন লৈন ঈমুং মপুংদা করি তৌবগে হায়ব বা হংবিদব, চংনিওবত চংপ ঈমুংগি থবক তৌবিদব, থহাগ থাগ নাইন থাহং-বিদে। ঈচা ঈবুংঙো নপুয়োয়ব তয়ম পোইহুচাবু খোওইন তৌবদব, হুমিং খুদিও নহাকাক চংনিওবতা নথৌ চংপ হকমাল। লম চংপ তোয়মাল। ঐপি ঈপুয়োয়ব মহু নিংথৌ থাব শোকচেংবন নায়হুন অনা থাওব কোক য়োনগ তাইবন মাবয় য়েংবিদন লৈকাইগ থবক নথৌ শাই। শীপ মহুমদ রুব পামই। নংগায়বগি মহুমতদ চংমাল। তাপদি মহু নিংথৌ থাব ঈপু-য়োবগি পিহুন লাইবৈবাহ তান্নুয়। লাইদ তবদংগ লাইপি থৌথা মহুং ইবন মিহুন পোঙগাও পোলবনম হুংগা পোয় লেপাথিহুন দাশিং থাবন্

য়ৌমুচৎলাং কোয়ও তম্থালাং হুমিতাং চানা ঈরু-কাংন উরা হুন্-পুমাকা লোয়্নানা তেল্লাইখোন্‌কিপু তম্পা ঈহয়্য়োল্ নঙ্না লুখুম্ থাঙ্কা শংনা লায়্কন্‌পিতে। য়াংঙম্ চয়্রৈ লেংহম্‌চাউনা শল্লাং তোন্‌বা নান্ চুপ্পা লৈথেংননা নত্তা থুনুপোই য়ামুরে। তম্পা পানম্ হুংশিং লাংনা নয়াল্ থৌচংপাপু হৈনা থৌথিংকাতে। নমান্ থাপা হোইতোন্‌কোক্‌পাপু লাংকোন্‌পিতে। নহু ঐপু য়োয়্-চান্‌তে' নমান্ নিংথৌ ঈথংলেল্ অসীপু ঈহু শিলয়োম্‌লানা য়োম্‌ম নায়ওসে হায়্তে। থায়ায় লাইকন্‌কিনা কন্‌থানায়ওসে হায়তে। য়াংঙম্ কায় থোয়্নো মীয়ায়্য়ে। ঈথংলেল্ থোয়্মা ঈহঙকি অসীপু অমন্ য়ারা পুকা ওইরে। অকেম্ চক্‌মোম্ লাংকা ওইরে। তম্পা ঈহুয়্য়োল্ নঙ্পু ঈয়াল্ লওয়া পোক্‌নাকে, শিঙ্চা কোন্‌থিন্‌নাকে হায়্না হোয়্থিরুপাপু ঈয়াল্ থম্‌দৈ অয়েংচেং থম্‌থু অনৌপাতুম্ ওইরে। ঈয়াল্ ময়েং তাহোরে হায়্না মীকপ্-খোন্‌কিপু তম্পা য়াংঙম্‌লোন্‌না হে ঈহুতেক্‌তাআ-ও, য়োয়্পু নহুন্-য়োল্ ঐনা নয়াল্ থম্‌থু ময়েং তাহল্‌লে হায়্পা অসীপু ঈহু করি

---

লেপথ্রে ( মিহুন লেপথ্রে )। লাইনা থাব তেন্‌ন পান্দুন হকচাং খোঙদাউ হাংছনা য়ুম পুব খোয়্রগ লোয়নন খোক্কমথাইগ অবাব খাঙলক্কব মঙযদ ঈথো তমপা নঙন থুয়া লুখুম কমন লাযকনবিদে। ইয়কি লেংহম নাইন ইমগ নথম কাঙগুম নাম হাংলগ চুবাদ লৈ থেঙ ন লৈকাই কোয়হুনত লৈথোকই। তম্রপা নঙন লমহাঙদা হুংশিং লাংন নথো চংথোক্‌পদ থিংজবসু যাবিদে। নহু নিংথৌ খাব হোইদোনকোকপবু মেংশিনবিদে। নহু ঐবু চানবিদে। নহু নিংথৌ ঐগ ঈপুয়োমব অসিবু নাউয়োমগি মশক ওইব কোলনকিন য়োমদুন থাম্মননসিসু হায়বিদে। অনা লাইকননবগি হোনবা থৌহুন কয়নব হোংনহৌসিসু হায়বিদে। ঈবেম্ম নহাককি নপুকচেল অলীবু কয়িনো, মীয়াম-মিল্ল। হোয়োকামন্‌নরকপ ঈপুয়োমব অসি শিরে, মৈ থাগদবত তায়রবনি। তমপা নঙবু ঈগৌ ওইনথিবদি ঈশু ঈচা যামন ঈনাক কয়বাক থুনন পানগে হায়ব.গ থিবনি। অদুবু ঈয়ুমগি ময়েং তাবরুরম ওইরম্রে। ময়ুম ময়েং তানয়ে হায়ন কপ অহদ তমপা পানথোইবীন হায়খি, 'হে ঈনেম ঈহু তেকচা

য়াফিনো কল্লকয়ে। ঈমান্ নিংথৌ খাপা শোক্চে়ংপানা কোয়ও লোংকাপাপু তম্পা নহুয়্রোল্ ঐতি কয়ম্না খঙ্লওতাপানো ? (তৌইকুম্ ব্রাংওম্লোল্ ঐখুঙ কোয়ও হুমিং খুত্তিঙ্ মানা পাখং চামানা লোংহাম্পা, ন ব্রা চায়ানা লোংমনপাকি কৈপুল্ লুতা খোংনে কক্লোং নাক্তা য়েম্বা থমহুং লাংওন্পা য়ম্তাপু শাবা পনকেন্পায়ক্তাপু ঈমান্ নিংথৌপু য়াওরক্তে৮) ঈমান্ নিংথৌ খাপা শোক্চে়ংপাপু কোয়ও কত্তায়্য়ম্তা লোংকাথিপানো ? য়াইথোঙ্ শীয়ম্লেল্ খুন্পী নুঙ্থোঙ্চিঙ্ কতায়য়ম্তাপু লাংওন্থিপানো হায়্না ব্রাওইয়াপাতা মাহুত্তেক্তাআনা পাওহংলকয়ে। তম্পা ঈহুয়্রোল্ নঙতি কোয়ও হুমিংমাতা পাখং চামানা লোংহাম্পা, নুয়া চামানা লোংমনপালক্কিপু থয়ায়্ মিয়াংপামনা লাংওন্থিপতি মিংয়েং কয়মনা শান্কৈরও-পানো হায়থয়পাতা তম্পা ব্রাঙম্লোননা পাওখুমলকয়ে। হোয়তা ঈহু তেক্তাআ-ও, য়োয়্প্তু নহয়্রোল ঐতি থমহুং শিতা নুপী শাবা য়াইথোঙ্ হংকাশুপীনে। য়াইথোঙ চিঙ্লাংবৈ থোঙতাক্ অশিথেনতা ও, মখৌ ঐহাকনা নথোমগি ময়েং তাহললে হায়বত্ন করি তৌরবগে ? শাউ-নিংই। ঈহু নিংথৌ খাব শোকচে়ংবন শিবত্ন হমপা ঐন কারাগ খঙহৌ-দ্রিবনো ? (তৌইগুমবসুঙ পানথোইবী ঐন য়েংবদ হুমিং থুদিঙগি শিব্রিব পাখং চাম চাম হুপী চাম চামন শিত্নন কিয়োম মাক্তি কোকথোং পুয়গ ককলোং নাক য়েগুন অশিবগি লখৈদ অশিব মমামন চংলব অহুগি ময়ক ঈকুনিংথৌদি য়াওরক্প উদে।) ঈকুনিংথৌ খাব শোবচে়ংবন শিরিব অসিবু কদোমদ চংগ্রিবনো ? অশি ৩ষী বয়দব হুঙথোঙ চিঙদ চংথ্রবনো হায়ন শাওরবদ মহুতেকতান হংলকই। ঈমৌ তমপা নহাক্তি হুমিং খুদিঙগি পাখং চাম চামন শিব, লৈশাবী চাম চামন শিবগি ময়ক মিগি মশক ঙহৈব থবায়্ত্র মশক্ ওনথ্রব অহুবু কয়মন য়েংবদ উহৌরবনো হায়্ত্র হংলবদ পানথোইবীন খুমলকয়ে। হোয়দ্রা, হে ঈনৈমবোক মহু তেক্তাওও, নমৌ ঐদি অশিবগি ময়ক শিদবী শিব্রিব মীগ মথবায় চংথোক-চংশিনগি খো-পায়রিবীনি। অশিবন চংগ লখী থোঙতাক অশিবন থৈগিরিব অদ্দ বায়েল্-লিবী, অদুগি মকোই চিঙদ লৈয়গ অশিব পুয়মককি মপুক ওমব থোদায়রিবীনি।

মানমশী, মকোই নোংলোন পাইতা রাঙনবীনে। ঈমান্ নিংথৌপু থরমুং লাংঙনপারক্তাপু শারা পনকেনপারক্তাপু কেললক্কে। ঈমান নিংথৌ কোয়ও নোংকারে হায়পা অসিপু তমপা নহ,মরোল ঐ মিংয়েং শানখৈ হৌকে, চেংলও মিংথিংলুকে। চয়রৈ মায়থল হাংলারাউ ও। অনুবনা হাযথরপাত্তা তমপাকি পুমলাং মথানুংকি তয়েঙ হ্ ঙথোল খোংকাং য়োং, শিনৌ মোইরেং অপিশাপু তমপা চয়রৈ কিকুমুংত্তা পুমলাং থৃংতা শূনা রাংঙম খোয়পূঙ মরৌ চাউমা চয়রৈ মায়থল, কাঙ, মাল,লও থৈচুপ মরোনমা হনা থাপাকি নাকুলু মোইকাং তমমা পুথলাং চয়থানানা চয়পীরাপাত্তা থাপানা শিশানাপাত্তি পায়মা নিংথা শংহোনমানা পুমলাং চয়থাখোনুকিপু থাপা লাইথংনায়কলে। য়ামা খোনচেল থাংলাউ লাউনামা হয়ু পলেম্ পীশোললক্লাপকি তমপা পায়মা কাপীনা রাত্তাথীথিয়ে। ইমু তেকঙা আ-ও, থাপা হোই-ত্তোমকোকপম নিংঙোলপী ও, নমুমপু থাপা নরৌ চাউপাপু থঙলা-পানে। তমপা ঐন ঈমান নিংথৌ থাপা শোকচেনপানা ঈঙা

---

ঈকুনিংথৌদি শিদুনা লাকলব অশিব মমামগি মমক্ত য়াওয়ক্কে। ঈকু নিংথৌবু শিয়ে হায়ব অসি তমপা কৌবা নমৌন ঈমিৎ শিংবন অমুক মেংহুন মথহ ঊবোগে মায়থল কি অসি হাংলো লাও। অসুম্ন হায়রগ পানথোইবীনা মথানুংদগি তয়েঙয়োং অশিথক্ অমা পায়রগ কিহুংদ পূমে। অহগি মরৌতোন মায়থল কি অচ হাংলগ থয়জুপ অচ হাইদোকতুন থাবগি নাকতোনদ মথুংত পাংব তয়েঙ-য়োং অতন থিললে, শিশিননহুন শোয় থিংন নৈলিব থাব শোকচেংব অহু মমৌন তয়েংয়োংন থিনব অহুব মক্ থংদন থংলে। "অমো ঈমা" হায়ন থঙলাউ লাউয়কলবা অদুদ মীগি মপূক থঙবা তমপান মরৌ অহু কায়বদ শাউয়কলে। পানথোইবীন মনেম য়েংলহুন হায়খি, হে ঈমা! তেকুঙা থাব হোইদোনকোকপম নিংঙোল্-ও, থাব নথোয়ন তোঁবম্ব নতাং অহু কায়বনি। তমপা ঐন হায়গদবদি ঈকুনিংথৌ থাব শোকচেংবন মনম্ নমথিয়ব নৈশনম্ অদোবু নাক য়েঙ্না শিশিননবিব অসিবু মত্তোপত্ত শিয়গে হায়ন লেপ্পরুবা? মশিমগে হায়ন থম্লিব্র? ঈকুনিংথৌ নঙন নমৌ ঐবু পামদহুন থাব নমুবদগি চৎননব, অমসুং থাব

লৈশীনম্‌ খোঙলেন লাইশিচাক্‌, লাংপন থাম্না ময়পাপু শমু মাক্‌ য়েপ্প অমীপু কম্বি য়ানো ? নত্তোম য়াইখোঙ কুমকে হায়না লেপ্পা পায়া ? ত'ইপঙ মালং কাকে থমলপায়া ? ঈমান থিংখৌ নঙমা তমপা নহুমবোল ঐপু খাপা মরামরায়রা ভিলয়োই; য়াংকোই তনুনো হায়পাকিপু ময়াং কিপু লাউখাযে। ঈপন কংলৈ পুঙময়োনতকি থমপা ঈরাল হুহোঙ খোঙতোংলকতৈকিপু য়াংপা মনুমনাক্তা য়াংকোই-নোংকি মথৈপু য়াংঙম মাবৈ চেনহনয়ে। তমপা তড়া চনমথীপু ওইবে। য়াংলৈ কোনঙৌ খোংকুমনা থামাঙ মীকপাকি তৌশিক-পাবে। তাঙচা ঈকাইবে হায়না য়াওইপাপু মমান খাপা শোক'চ্‌ংং-পান্না পাওথুশখিবে। তমপা ঈহুমরোন্‌ তুপী চিঙলাই লৈমা-ও, নমান নিংথৌ ঐথি কোয়ও থুখিং নীমি শুনা পলেম পীশোলক্লে, হৈয়ু নাহে চম্রাপাপু তমপা ঈহুমরে'ল্‌ নঙমা কোরও অসি হুখিংমা লবায় থঙ-তরেঙশম খংকাইদ হৈয়া খোংথোকমোং অসিতা পায়দা নিংখা থমনা থমজ্রং লাংওলভাবনাপানে। শায়া পনকেজলাপাপু তমপা ঈহুম-নখোইদ লৈতনমব খোয়াঙ তৌব মাগি। তমপা ঐন খাব নখোইদ দু:খাংদুব পাকপা থুখিংতমীনা ঐহাক অসি বাখোকচাওবী, অমহেনবীত তাক-লশিব নি।' ঐহাক অসি মনম নমথিরবা চাকক মানুনয়ে। অতুগ কোনম খোংব মুঙমন তৌনজুব থনাংনবগুম তমপা ঐবু তুক্কচন তৌব অঁাস ঈকাই হায়ন শাউরবর মকুবোক খাব শোকচেংবন থুমলকই। হে ঈমৌ ঈবেম তম্পা চিংল হৈলমা-ও, নকু নিংথৌ ঐদি হুখিং মীনি শুন 'অথৌ ঈমা' হায়ন অনাব খাংলগ চ'সিদি শিমহুম খাঙলেনকম ( খান্কম্‌ ) অসিগি খাংপোক্‌থঙ অসিদ শোবচে নদন লৈমব ঐঙোম্ব পানথোইবী, অশিব মঁবু হিংবন্‌ব ঙমবী, শিদব মপাল্‌ থাবী মহাকন অ'হুম লেংনবব নথুংত পূব তবেঙ- য়োংব নকু ঐদি হকচাংদ থিন্‌চন চম্‌নাবোল শীমব অচদ অশিব মীতন লৈব অশিবগি লৈবাকগি হনজকবনি। তমপা' নঙদি লাইহৈবাককি মাইবী মকোক বামেল চুমবীনি লাইয়েল তাউবোইনাইগি মচানুপী অশিবব পাউথেৎবী থুম্‌হংকিকোই লৌভনবী, লৈবাককি মাইবী মকোক ওইবী, মীওইবব অচঙ-অশি খোংদমজনবী ওইবন শিহুন সিহদ মকম কায়মব মীবু হিংহনবীনি।

য়োল নঙনা পুমনাং নথুংশু শিনৌ য়োইয়েং য়োংনা নমান ঐকি তুয়ক্ থায়না য়াংঙম শিত্তাপা মপালথাপী নঙনা চয়পীখোমজিপু থমলে মীহুংকোনকি হনরায়রকলে। তমপা নঙত্তি কোয়ও নোংখৌ মাইপী হনপী ব চুম্পীনে। তুপী ঙাঙ্ য়েক চহু তংকান নুপী পুমত্তিংয়াক, তোইপী তংকান চহু লৈপাক্ মাইপী হনপী তওয়াং নোংতং লংপীনি-কিনা লীকলাং চোইনা কেললাপাপু থাপানা ঙাঙকোয় লীকলেং তংলাপাপু ওকশোং পুমথাঙ লেংহৌরে। সনা কোনকু কায়রাপাপু য়োয়য়োইয়কয়ে। নমু পোংনাউতোন তেক্লাপাপু অমারক শমহৌপিরে। থম্রায় হামপোইরপাত্তা মিয়েল হামচংলাপাপু তোংমুরাপা মিথোম-পিয়ে। তমপা কোনখৈ অত্তামপী নঙপু নমান্ নিংথৌ ঐকি কোয়ও ঈনোংখৌ মহাকনে। য়াঙ্ পল ঈকাশাত্তানে। তমপা নঙপু থাপা ঈয়াল য়ায়ত্তা উয়েপ চায়া ওইপীনে। তড়া চানমথীকুমপাপু কতৌপা খানাকনীককাপানো ? য়াংলৈ কোনঙৌ খোংকুমপাপু করিকি তিল্লাং শিংনাকাপানো ? তিনচুৎ-খানীক খানাকনাসিপানো ? য়োয়ব তমপা য়াংঙমলোন মৈয়েল তোমশাংনপী নঙপু অয়ুম থাপা পুয়ামাকি লাংচেং চয়া মীক্লথেংপু ওইনা পীনে হায়না পাওমেনচারাপাকি তমপা হেক-ঙায় মীহুং ওম্না পাওথুনকয়ে। ঈমান নিংথৌ কংলৈ লৈপাক মাপা-থরাইগি কোনকম কায়চুন মিহুল মথক লৈত্রমবু নহাকুন মিহুল পুয়াক খোম্-জিনবিছুন থরায় হাপপিরে। অতোনব মীন শিয়ববু অমুক হনন হিংহন-বিয়ে। থরায় না চংকদৌয়ব মমি শামলক্লমদ থরায়গ লোয়নবমিবু কাবীনে। ঈমৌ ঈবেম্ম তম্পা নহাক্তি নকু নিংথৌগিদি শেম্বিব লাই মহাক্লি। অথোইব তমপা নহাকত্তি খাব ঐখোয়গি য়ুম লেপপিগদব হুপী অমমি। মম্ম অহুন কমান কয়িগি মমক অপুমব মনম নমথিব চাককুম ভুকচঙবনো ? কোনঙৌদ থোংব য়ঙমন তিন্শিংনগবনো ? কয়ি ভৌহুন জিনচুপ থমাংমগবনো ? হে নিংথৌ শাগৈদ পোকপী, মতোম্ত ঙান্ব মৈশুম্ নতোম্মত পোকপী তমপা নহাক্তি খাব শাগৈ পুম্মক্কি ঈমায় ওইব কোককি লৈত্তেংনি। অসুমন হায়জবদ শাওপিননছুন মপুক ওল্লিবী তমপান থুমথি। হে ঈকু নিংথৌ লৈবাক্ মপু-ও, নচা ঈবুংঙো, ঐখিদি ঈপুয়োয়ব তয়ম্ খো ইচ্ছা ধ্বনির

লাইচা চিলথুলমাপু য়ুংলারোইয়ে হায়না য়াওইথোনকিপু থাপা পুম্না হও য়াংপা পাকনা তাইনা পাওথেমথিয়ে। মতু থাপা হোইতোন-কোকপম নিংতোনপীনাসু তমপা শমলাং তোমকানাদনা পাওথেম-পাপু হোয়য়াত্তানা তমপা থাপী মথি নাই য়োয়পু তোইপী মরাও হওনা পুক্নুং অশাউ মৈকুমলে। তমপা য়াইপী মতুং হও, তিললাং মথোয় শাউনা তাউতনপা খোয়য়েল থাওকুম খোইমা লাংতোল য়ানকাত্তা লোকতাক ঈপোম চাউকুমনা তমপা পিয়েম চাইচী মরাও হওপাকিপু থাপা পুক্নিং শোংকি চওন পাওথেমপাপু অনৌপা থাবপী মৈপোকপা কুমলাপাকি য়াংপা শোংকি নীকনা মাথং লোলহায়নপাত্তা তমপা কোয়ও তেংথানাপীতি অনৌপা নোংথী মায়ৈয়েচল তমপা তিললাং মথোয় শাউ, য়াথং অথানানা থাপায়ুমকি তুচোংকে, য়াংপা য়ায়কিপল লালকে হায়না তমপা থাপী মথি নাইনা য়োয়পু তোইপী মরাও হওনা হুমাং লোকঈ চেন্দনাতি তমপা য়াইপী খেয়াং থাংনা শম্হোও মালং য়াইপী মাইয়োক্না হায়ৈতেতি হাৈমেপু খেক-ও কৌয়ে। তমপা য়াংওমলোননা হাৈম খেকপু চাকে হাৈম খেকপু লোকও হায়ন থাপী শাউথিব মথা অহ তায়বদ থাব ডানব শাগৈ পুম্নক চওহুন খেমজথি। থাব হোইতোনকোকপম নিংতোল মমা মহু তেবডানসু তমপা ব'ওমলোনবু মশম মমা নানদুন খেমজবগু য়াবিদ্রে তমপা পানথোইবীনা মাহবী ওইবাগ হোনবী মকম ময়াং থওদব মথৈ মৈ হওন শাউরে। তমপান ংখোয়, চ.কন শাউ-থিবন, হুাৎ মথোয় লেমব থাওন লাংনা মানব ঈ ৎঙম, মাইৎঙাগ মপন লোকতাকন ঈথক ঈপোম হওবগুম কম্নবদ থাব পুম্নবন বিমুন থ.ব পুম্নক চওহুন খেমজয়গ হেনন হেনন শাউরে। মহাকাক অশাউব মহৌ অহ থাব শাগৈ পুম্নক্ক অমগ অমগ কিহুন লোম্ন ডাওনবদ লাইমা হায়নয়িবা পানথোইবীন অমুক হেনন মমায় ঙাঙন নোংহওবগুম শ.উহন বাথল তৌদন তোগদব অয়োইব হায়মমলগ থাব মথম, ডানব মথাহকোনদগী চংলগে হায়ব থন্দুন ম.ইবিওমন ঙাওন কৈল হুমাংহন লোবাকি ঈশিং চেহংঙম পুম্নচে.ৎ চোংন শাউমগ শংহোও,লোমদ হুংশিং কাংন লাংন সত্য মুগত খেক হায়ন থঙ.নব হাৈমবু পানথোইবীন চাগে হাৈম লোক্কও হায়.ন মাহং-

মখি নাই, অমাই ময়াও হওন রাতাপীখিয়ে। অদুনোংকিপু তমপা রাওমলোননা মমান্ থাপানা শিশানাপাপু লায়েকনপী, কোয়ও নোংমাইহনপী য়োয়পু তোইপী কোপী, তোইপী তংকান চমু তংকাহুপী পুয়ত্তিংরাক লৈপাক মাইপীহনপী রাচুমপী তুপী ওাওয়েক চাহু তপপা লাইচম লৈম খেকমোইথানপীপু শৈওনখিয়ে।

## থাব ময়ুম থাদোকপা

তমপা লাইচম লৈম খেকমোই থানপীনা ঈয়ান থাপা শোকচেৎপা, ঈনুত্তেকতাআ-ও, খেকলকও খেকচাকে হায়খিয়ে। অনৌ লকও অনৌচাকে হায়খিয়ে। তমপা থুমনাউ হেনশোনতা য়েননাউ নাহেত্তাপী নওন থাপা মরালয়ায়পু নদতা হুললায়াকে হায়পাকিপু থুম্নাউ অয়েম্পাপু হেন্‌শোন্নীক্‌য়ে। নায়ও নাত্তানা য়েন্নাউ অতিংওাপু নাহে তমখিয়ে। রাংওম হায়ু পীশোনখিয়ে। তম্পা রাংওমলোন অরাংকোয়ও নোংনা নায়াপাস্থও্ নহাক্না লায়্য়েংপী মালেম লৈনা শোল্‌লাপাস্থও্ শোনত্তানা লায়্কন্পী তম্প। হয়্রেম্ ফুনিও্পিংকী থুনজাম য়ান্নিওশিংপীন হায়মু ঈপল্ তুপী অওনপা ঈতু লাইয়েল্ বীপি অতাওব হৌহুন থামন থাউয়ে। মাদুাগ গুমিংতগি পান্‌খোইবীবু মহু থাবন শিশিয়বু লায়্কন্‌বী, লাইগি মাইবী অহানবী তংকানচহ তোইবী, অশিব থুংত তবী লৈবাককি মাইবী অহানবী অচুমব বাঙাওবী তুবী লাই য়েল্‌গি মচাহুপী তমপা লাইচম লৈম খেকমোই থানবী (হাটৈম চাবা) কৌখি।

## থাব ময়ুম থাদোকপা

তম্পা লাইচম লৈম খেক্‌মোইথানবীন ঈকু থাব শোক্‌চেৎংব, ঈনেম্ ঈনুত্তেক্‌তা-ও হাটৈ পুয়কউ হাটৈ চা গে হায়খিয়ে। উথুম্ মচাওম নাহেদবী, য়েননাউওম নাহেদবী নও্ন থাব ময়ুম্ থাদোক্লগে হায়্বগিদমক ঈনা নাদব নাশিময়ে। অয়েমদ নাহেহুনা নমা কৌহুন অনা থাওগ্রে। হে তম্পা পানখোইবী নও্দি লাইন নায়বহ লায়্য়েংলিবী, মীন শোয়ংসু শোন্দব লায়্কনুবী হয়্রেম্ থুনজানগি চাক য়েন্থাং শোইহনলিবীখি। নহাক্‌ন

অরেম্পা-ও, পলেম্ ঈশা খুনুপী শল্লাইহন্ অরেম্পীও, নমোম্ তম্পা ঐপু নাইয়ে। য়োয়্পু হৈকোয়্ নিংথম চল্লে। চুপা ভাইচা য়েক্য়ে। লুবাই নানপা চোক্য়ে। কোক্পাল্ খোংকাপু নাইয়ে। খোম্পাল্ খোংকাপু তোংনপু চীক্য়ে। শাব্বা তুকুপ্ চুংমা খুয়া থম্লোল্ তনা খুদোল্ লোই হোই, খুবাঙ্ নোংচেং লাউ, য়াঙ্লেল্ লাইকা খোয়্রে। নোংখী লাইমল্ হোনা চিঙঙ, লাইপাক্ শল্লাই কায়্না কপ্লাক্-তাল্লাক্ লাইমল্ চোক্য়ে, খুংপাম্ শিঙ্কায়্ হোনা নাইয়ে। ওড়া চামল্ কাঙনা লাইচা ঈমল্ কারক্সে। পায়্মা ঈনিল্ তনা য়াইপী পায়্মা ঈনিল্ কানা চয়্রৈ হক্ফি খোংতানা য়াকম্ লুয়োয়্ তাউনা, হিল্লাং কৈরাম্ কনা লাচা ঈখিল্ কানা, মালং য়াইপী হওনা হম্মাং কৈরাম্ কক্না শীনৌ কুরাং নিল্য়ে। য়াইপীহুং য়াহওনা তম্পা নারও নাভানা নাহে তম্পী নঙ্না ঈপল্ তুপী অঙনুপা, ঈতু লাইরেল্ অরেমপ-ও, নমোম্ ঐতি নারওনানাসুঙ নাকংলোইয়ে। য়োয়্পু ঐতি থম্হুং লেপ্চিঙ তাপু লেপ্লুয়োইয়ে। নবোমতি শাব্বা ভাইনাথেনতা ভাইকরেবোইয়ে খরক্ লেংয়াল ঈপু ককলাল চেল্

---

শম। নপা কৌরহনা হায়াখ, হে ঈপা ঈবুংঙো, লাইগ মরক্ত অথোইব ঈবুংথাং, হা ঈমা ঈবেম্ম শল্লাইয়েনবীও, নচা ঐবু নরে। ঐগী ঈপা অসি নিংথম চল্লি, চুবা চীক্ই। লবাই শাই, কোক অসি ঈরুম্ নুমুন চীক্ই। হকচাং পুরখীং থীংলে। তুচু ই, খুমা খুদোন্ তোইন খাঙ্ মাঙলেন্ নাই, ভিঙ্ মাঙ্ চীক্য়ে। ঈশা লাইমন্ হোৱন লাইবক কায়গদবগুম্ চীক্লুব খোঙ-খুং চেকথরে। খুবোম তোংশা কায়ন নাই। মমাইঙুদ চাথিব চাক্কি চমন্ কাঙ্কুন মুংশিং ঈনিল কাইন পুক শাউগৎলে। হকচাং অসি থমুংদ চাক্লুব হক্গাং খাগৎপগি ওলাঙবন হকচাংদ কি থোংব য়াদন কোক্ ভাউ-কিং ভাউকিং তৌহুন ভিল কংলগ মিহুল হওয়ে। খোর চাউন হোনবন হুমাং অনম কাইন হকচাং ঈনিল্ কায়ে। নথবায় নুংভাইতন নাবাদি নাদন নাশিংদুনা নাংবী নঙ্নু মথগ চাউবনপা ঈবুংঙো, লেমজৰ নখুংশিংদ হায়খি, হে ঈপা ঈবুংঙো, হে ঈবুংথাং ও নচা ঐদি নাহবমু নারোই, অশিবন লেথব চিঙ্দমু চংলোই, অদিব গথেল্ ভাইনব মকমদমু ভাইক্রোই। অদি

ঈপু তংনুয়োইয়ে। খম্‌হুং পাংখী য়ামপাপু শাহা কোল্‌খল ইকি-পাপু কাইখত্‌ মৈয়ে দোম্‌পাপু খোংদেল্‌ পান্‌পে হাত্‌পায়ম্‌পু দাল্‌নুয়োইয়ে। খৌতু নুত্‌বৈ কুইপারমপু কোইক্রয়োইয়ে। খম্‌হুং অয়ানকমপু য়াল্‌নুয়োইয়ে। শাহা দম্‌খাথাপ্‌পু কুমনুয়োইয়ে। মকোই হংওনুচিত্‌ মমোম্‌ মপারি কাউনাচিত্‌পু খ ংলেল্‌ তায়োর্‌খেংনাচিত্‌পু য়ৌক্রয়োই। খোত্তাক্‌ অশিথেল্‌ দানুনংচিত্‌পু কাক্রয়োইয়ে য়াইথোত্‌ শিরম্‌দেনুপু তাক্রয়োইয়ে। নুগ্রা চিত্‌পু খেদ্‌ পাথং খোংপাল্‌ য়ার্‌ তাউচিত্‌ হয়্‌য়াল্‌কম্‌, নুয়া চোম্‌য়াল্‌কমপু তমপা ঐতি য়ৌক্রয়োই। খম্‌হুং য়াংহনপুত্‌ দাইকোক্‌চা খম্‌দে পুত্থু বোংকাইচিত্‌পু কুমনুয়োই। য়াওত চিত্‌য়ান্‌ দাইমোয়ি দেগ্রী চিত্‌খেঁহিয়া উত্তংপোকপু তাক্রয়োই। চাখা চিত্‌মৈশাং তাইখম্‌ চিত্‌মা-পোকপু কুমনুয়োইয়ে। বাপা আয়ে দাউপা কংমাত্‌চিত্‌, থুহু মীশা তাম্‌পা দুয়ক্‌ চিত্‌পু তমপা ঐতি তাক্রয়োইয়ে খম্‌হুং মখোত্‌চিন্‌তি

---

অচত্‌ শমনব কাকব পাউ তাকনব খোত্তাকত বখ্‌ণিব ঈশিং খকনুয়োই। অশিবগি দৈবাক পাংখী কোম্‌খী মমাম্‌ দৈবা হংকম দৈতব অখীদ চংনুয়োই। পাম্‌বৈ দৈতবা খোংদমু দাহুয়োই। হুত্‌ মবৈ শাংবে হামবদি হুত্‌ শাংম দৈখং হুত্‌খোত্‌ দোমদ্‌ কোইন চংনুয়োই। অশিবগি দৈবাক খোক্ক পোং দৈক্রয়োই। অশিবগি অখাগ দমদ্র চংনুয়োই। মচা হুগী মচা দিপা দৈখৌয়ি হায়্‌ব কাউনব চিত্‌ অহুগ মাগ নীপা মহাক্‌কি হুগীগি হুংশিব হুংওন্‌ব কাউনব চিত্‌ পুক্রিত ওন্‌ব মকোইচিত্‌ য়ৌক্রয়োই। অশিব পুয়বক্‌ ভিয়কম, অবাব নংকম চিত্‌ খোত্তাক্‌ চিত্‌য় কাময়োই। অশিবা খবায়ব চংতব মাক্রব অশিবাগ দখীদ চংনুয়োই। মিংত্তোন্‌ন মেকচখদগি পাথংব খোং দানবিকম, হয়্‌দায়ুন হয় চাবকম্‌ নিংত্তোন্‌ন নাচোম্‌ চিয়-কমবু য়ৌক্রয়োই। অশিবগি অবাবা কোক্রকম, অনা দাইকোকুতব অশিবগি পোখাকমবু কুমনুয়োই। য়াওত চিত্‌বু মানব দাই মোয়িন দেপ্‌বিব চিত্‌-উত্তং খৌব খোইমা কৌব দমদ চংদোই। চাখা কৌব মবৈ শাংব, মতোমত দৈব অশিবন তাইনকম্‌ অমোইব চিত্তোমদ কুমদোই। খবাবন হায়ো হ্‌মদ খুচি মাত্তনকম হামবদি কম্মাত্‌য় দাইকমব, শিমগ খানকমদ উকমব

ও, অনৌবকও হায়্পাকিপু মনৌপম্বগ অনৌবকও হায়্পকি তঙকপু মপীগমপু লৈখরে। মসুমতেক্তাবানা অওব ওন্দাং শাউনা শোন্-থোইখিরে। য়াংগম হেৎলোয়্ মচঙ খোক্, তম্পা পুক্নিঙ মশাউ-খোকনে হায়না চক্ যাম্ থাবগী লৈরক্তাল্ অরাপাপু শম্ খুংতা লওনা য়োম্পু তমপা য়াংগমলোন্দি শম্ মথুংপাক্ত কাপ'চিল্দাপাপু তম্পা য়াংগম লোন্দম থাপী মখি নাইনা অনাই মরাঙ্ হওনা য়'ওইখিরে। ঈমানুলোন থাপা মখোয়না নমায়্ লয়পনা হাল্লে। য়াংপা নখোয়না ননম্ মুকখিপানে। হায়বং তমপ ঐবু অতৈপীনে, য়াংগম অওনপীনে হায়রকানি। ঈশ্বু তেক্তাঅ' ও, নঙ্না ঐপু চানম্মী ওইরে। ভডা চাকসুঙ লৈতে হায়রে। হায়ৈ খেক্লঙ্ পীতে। চক্যোম্ থাবগী লৈতাল্ অরাপাপু শম্ খুংতা লওগনা পীপা অসীপু ঈশ্বু নঙ্ঙী নয়োমপু থমগুং শাগ্রা তাম থম্লৈ অয়েং চেংও হায়পানে। তম্পা শম্ ঈথুংকাংপু কম্পী মৈয়েলপোক্ চেকায়্ ভমথংনানা শম্ চাংচওপু পোক্লে য়াংগম ঈথুং কারে। ঈশ্ব সুতম্থীনা চক্যোম্

---

পুমকউ" হায়্ন হনন কনন কায়রবদ পাব ঙমদ্রে। মাঙদ মম্ তেক্তান মপুক্লিঙদ খোয়্রাঙ্ খোয়শাউন শোন্খি। তমপা মঙ'ওথোকফি মতাওথোক মশাউথোকফি মশাউথোকপি কায়্চুন থাংজি লৈতাদ্ অয়াব অমা মথুংন, লওয়গ পানথোইবীগি মথুবাক্ত কাপ্চিনলুবদ তমপা বা'ঙমলোন্দন মাইবী-শুমন শাউ, মাইবগুমন ইয়াং হওং, শাউখ্রে। ঈকাই থুম্নকম্ ওইবী থাব নখোয়্ন ঐবু পামদকুন খোওইদবন ?'?লবনি। থাব ঙানব নখোয়্ পুন্নমকন মিৎথৈ মায়্ৈবনন খৌওদ্রচনি। কনে' মতম অমদ তম্পা ঐবু পুক্নিঙ্ য়াংবী অওল অওল্ পাম্বী নুপীনি হায়রক্নি। ঈনেমখোক মসু তেক্তা নহাকন ঐ অসিবু মনম নমথিব চাকুপ তুক্কচবনি। চাক চাগে হায় মথম্ভ লৈতে মহায়ব' হাৈব পীম হায়্বসু লীবিদে। মাতগি মতুক্ত অশাব লৈতাদ্ অযাবব মথুত্ত লওয়গ থুত্ত ?ব অসীদি ঈনেম নঙ্ন নচা ঐহাকপু অশিবগি নমদ ভাইন 'শনসম্ভ হায়্বনি। তম্পা ঐগি থুংকাং অলিদি কবী লৈবী অশাব লৈগ খেংনব চেগায়গ মাম্লন পোক্তুন কারে। তম্খিয়বা তমখিবী ঈম্ তেক্তা নঙ্ন তমপা ঐগি ঈথুবাক্ত লৈতাদ্ অযাব থন্ম হাম্ল

থাম্বী মৈতাল্ থরাপা অসীপু অমণা শমু ঈখুৎতা খুয়া হাপ্পা অসীপু অম্পা মৈপু ঈপন্ ওন্তেও, ঈতু মুম্তা হল্লাই ও হায়্পারিবেনে হায়্নত্তি রাত্তাথীবিরে। অমু নোংকিপু নোংচুপ্ মৈয়া পোন্চেন্পীও ভৌনা কৌরে। অম্পা রাংথমকোন্ নোংচুপ মৈয়া পোনচেনপীরা মৈরা অত্তনতুম্ ওইনা থাপা মরাল্ রায়পু নমতা হলনাল্লমলে। অরপা মমার্ হাওরৈ নোংচুপ্লা পাংপারমতা রাওমলোন্ থিংলও পন্ চোংলকয়ে। মথাপি কোরও থোঙ্চোমপাকি মায়া মথে কুল্পু লীয়কয়ে। লম্লেল্ লোন লও, চিঙ্থাং থাংলাইমে থয়ায়্পা তুমুংশি খুমোলকুর্তিংলও, চিঙ্য়া অত্তল্ য়েন্শিল লও, নুরা চামলও লা থায়ও, ভেকপী শাটেপ য়ুংশোল্ লও, পাথং শানম ভোংয়াং লও, অঙৌপা চিঙ্রাংলককি পুরৈয়োমপানা উংপী খুত্ত শূ, শিঙ্কায় নাটৈ য়েপনা চিঙ্থাং খুংয়োম্বাপা মরুমথৈ য়োম্পু থোইমোম লাই-পুমশি থাংপী চিঙমাপী মপল কুপিরম লীয়া পুপীচিঙ্ লাংঙা ভাউপী চিঙ্তা মথাপি অঙৌপা লংমাই নিংথৌ মাললং নোংপোক হুমওইপপু লৈঙাম কাপায় ইত্তাল্ লকপাপু লৈঙামত্তে। অমপা কোরও ভোংথা-

অসিদি পানথোইবী কৌবা ঐহাকপু উপাম্দ চৎলো, উবুং-উপ্াশি মমুমদ হললো হায়্বনি হায়্ন শাউরে। অত্তুগিদমকপু নোংচুপ মৈয়া পোন্চেন্বী কৌনবি। অম্পা থাংওমলোন নোংচুপ্ মৈয়া পোন্চেন্বীন মৈয়াশি মথক্ ওইব অদন্ ওইন থাব ময়াল্লায় দগি পাইথোকখ্রে। মমার্ নোংচুপ্লোমদ ওন্দুন পান্থোইবীন চেন্থি। মবুংঙো থোঙ্জোমব নোংপোক্ নিংথৌ লৈকব থিব হৌরকলে। অম্গি মক্কগি অথোইব চিঙ্থাং থাংলাংবৈ হাযনা থঙনব থয়ায়্ব কৌব নীপা মাগি মুংশিবী মুপী খুয়োলশি থোম্লিংলও চিঙ্য়াপী অদন মনা য়েনশিল হওব লওকম্, নিংঙোন ওইবীন লকুলা থাব লওকম্, ওকথাম তিন্কম ওইবশি শৌ মুংচুন থাব লও, পাখংন ভোং, শনম য়াংলচিংবদ কৈদোম্ থাব লও অথাংব চিঙ্ মমক লৈব অঙৌব পুরৈরোম্বন অচৌব উ মথুত্ত পামরপ শিঙ্চেপ নাটৈদ য়েপ্ন চিঙ্হোংল লম, লাইরেম্ম পুন্শিবী চিঙ্গি মপু থাংবীদ মপান চানবিরম্ব লীবা হওব চিঙ্, লাংঙা ভাউবী চিঙদ্ মবুংঙো অঙৌব নোংশিং ভুম্ ওইব লংমাই নিংথৌ লৈরমগ্না হায়ক

